# সূচি পত্র





# মহামায়া-মহাশক্তি

অয়ুক্ত লাকতবা য়াদে হায়বনা অমুক লাকই। 'শরৎ' লাকলে লোয়ননা পুম্নমকতাসু লাকলে-লাকলে হায়বাসি অতুম পোকচারকই। লাকইবা শরৎকী ঈচেলদা থোয়না হেননা হারাও নুঙায় পোকহনবা ১সুং ইমা লাক্কনী, ইরাৎ পূজা তৌগনী হায়বাগী ওয়াসি ভারতকী নোং-পোকতা লৈবা বাংগালী হিন্দুশিংগী মনুংদানা হেল্লী হায়বাসী হায়মনবা ওয়রোয়। অতুমদি ওয়বগা ভারতকী মফম পুম্নমকতা ম্লেচ্ছ নওবা কাংবু পুম্নমক্ মলেমদা "অশুভ" ফত্তবাবু মাংহনলি, জয় তৌই হায়বগী ইমাগী শক্তিগী মশক মফম মফমদা মওোং মওোং ওয়না ইরাৎনরি।

ইরাৎ পূজা তৌরবসি করিগিনো, করি মবমগিনো? হায়বাসিগী ওযাফম্ ইথি থিদনা আচার অনুষ্ঠানবু মক ওয়না লৌহুনা ইবাৎ পূজা তৌরগা মহাশক্তি ইমাবু হৌগৎ হনবা ঙমগত্রা? হৌজিককী সমাজতা অসুরগী শক্তি ময়ামনা কুপশিনলকপনা আওয়াবা, মঙায়তবা, তৌনিঙায় হায়ঙায় মফম থংদনা ক্রং-ক্রং চোংনা থাংলি। অমঃরোমদনা রাজনৈতিক-জীব থরনা মখোযেদি মুক্তিদাতা, আরাম খুভম্ পিবা ঙম্বানি হায়না কোযলাও লাওনা সিংহাসনগী ইকোয় কোয়বদা কনানা সিংহাসনদা ফমগনি হায়না ফুন চৈনরী। মখোয়গী থৌদাংনা অচম্বা মীয়ামদদি ভাব মেন তাপ্রে।

অসুরগী শক্তিলায়ফাওবা আওয়াবা পিবা ঙম্মি। মীগীদি তরায়বা ওয়ানী। লায় ময়ামগী আওয়াবা কোকনবাগী দমক মহাশক্তি ইমানা আওয়াবা কোকহনবা ঙমথিবাগী দমক মীরমলেন ঐগোয়সু আওয়াবা কোকনবা মহাশক্তি ইমাবু ইরাৎ পূজা তৌরকবসি ঙসি ঙরাংদং নত্তে মতম কাযব ঙমত্রবা চহি মতমদগী তৌরকলবনী অতুবু অশুভ শক্তি আসুরিক শক্তি অসুম অসুম হেনজিনবাসিনা ঐখোয়গী ইরাৎ পূজাদা করিগুম্বা অশোয়বা অরানবা লৈত্রা?

মরমসিনা হে ইমা শকলবী শক্তি মলেমগী ইমা ওয়রবা নহাক্কী নশাগী শক্তিনা অসুরগী শক্তিশিংবু মাংহনত্তনা মমানা অচুম-অরান থিদনা মচাবু কোনশিন্দুনা আনন্দময়ী ওয়বাতু ওয়হনবিয়ু।

# অওয়াং-নোংপোক ভারত-তা শক্তি পূজা

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

অওযাং নোংপোক ভারত-তা শক্তিপূজা তৌরকপা অসি মতম য়াম্না কুইরবনি। বাংলা লৈপাক্তা শক্তি ধর্মগী প্রভাব অসি অশুক্কী মতিক কল্লমই মতুংদি বাংলা লৈবাক্কী হিন্দু নিংথৌশিংনা শৌগৎপদগী বাংলা লৈবাক শিনবা থুংনা হিন্দুশিং শক্তি উপাসনা তৌরমই, হৌজিক কাওবা অয়াম্বনা শক্তি পূজা তৌদুনা লাক্লি। দুর্গা পূজা বাংলা লৈবাক্কী হিন্দুশিংগী খবাইদগী চাওবা উৎসবনি। মহামায়া মহাশক্তিগী শকওং লৌরিবী দুর্গাবু ঈভাংলকপা অসি মতম কুইরে, ফিংশিংবা ভয়রে। চাওরাক্লা লৌনবদি বাংলা লৈবাক্তা দুর্গা পূজা হৌদোকলম্বা অসি যাহিরপুরগী নিংথৌ কংসনারায়ণনি হায়রি। কলিকাতাদা লৈবা কালিঘাটকী কালি থাইনা মমাংতৈদগী হৌজিক কাওবা পূজা তৌদুনা লাক্লি। বাংলা লৈবাক্তা লৈপাক্লা শাবা দুর্গাগী প্রতিমা লাংলকপা অস কয়া য়াম্না কুইরবনো হায়বগী মতাংদা মী অয়াম্বনা নিংনৈ মতুংদি লৈবাক্লা শাবা দুর্গা মূর্তিগী পূজা হৌদোকলম্বা অসি নদীয়াগী মনিং চংলবা মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রনি। মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্রনা নদীয়াদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা মতম অসি খৃষ্টগী ভরানিপাল শুবা শতাব্দীগী মযাই চল্লকপা মতমদনি। চহী চামরিথাক্তা হেল্লে, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মতমদা তৌখিবা শ্রীল রঘুনন্দন না মহাক্কী লাইরিক 'দুর্গা পূজা তত্ত্ব' অমসুং 'দুর্গোৎসব তত্ত্ব' দা লৈপাক্লা শাবা দুর্গাগী মূর্তি লাংলম্বগী ওয়াকম য়াওই। ভরামরিশুবা অমসুং ভরাতরুকশুবা শতাব্দীদা কাওখিবা শ্রীনাথ, জীমূতবাহন অমসুং শূলপানিনসু মখোয় মখোযনা লেংলম্বা লাইরিকশিংদা লৈপাক্লা শাবা দুর্গাগী মূর্তি লাংলম্বগী ওয়াকম পল্লি।

আসামদা শক্তি পূজা তৌরকপা অসিসু মতম কুইরে। কালিকা পুরাণদা কামরূপ হায়বদী আসাম লৈবাক অসি দেবী পূজাগী কেন্দ্রনি হায়না অসুম্না ইরি—'অন্যত্র বিরলা দেবী কামরূপে গৃহে গৃহে।' আসামগী নিংথৌশিংনা শাক্তধর্ম চংলম্বা মরমদগী প্রজাশিংসু শাক্ত চংলমই। দেবী পুরাণগী মতুং ইন্না কামরূপ কামাখ্যাদা থাইনা শক্তিপূজা তৌরম্বগী ওয়াকম থেংনৈ। আসামগী লোক সাহিত্যদা— আই নাম বাইনাম নাচিংবা ঈশৈদা দেবী দুর্গাগী মফম চাওনা লৈ। মসিনা তাকপদি লৈবাক নিংথৌনা দেবী দুর্গাবু লাংলমই হায়বা অসিনি। হৌজিক হৌজিকমকপু নীলাচল কামাখ্যাদা কামাখ্যা দেবী পূজা তৌরি— থাইনদগী পূজা তৌদুনা লাক্লি। থাইনা মমাংতৈদা শোণিতপুরগী নিংথৌ বাণগী মচানুপী উষানা ভৈরবী হায়বদি দেবী দুর্গাবু লাংলমই

হায়বা ওয়ারীশু লৈ। আহম নিংথৌশিংনা আসামদা পাল্লিউদা মুং পিথ্রায়নচিংবা ধাতুনা শারম্বা দুর্গাগী মূর্ত্তি লৈরুংদা লৈরম্বা কয়া থেংনরে। আসামদা কোচশিংনা পানবা মতমদা দুর্গা পূজা অসি নিংথৌশিংতমা তৌরমই। কোচ নিংথৌ ধর্মনারায়ণনা দুর্গা পূজা হৌদোক্লমনি হায়বনি। কোচ নিংথৌ বিশ্বসিংহ অমসুং মনাওনিপা শিবসিংহ অনিমক দেবীগী অথোইবা ভক্ত ওইরমই। মথোয় অনি শক্তি ধর্ম শন্দোক্লমই। আহম নিংথৌ চুচেনফাগী মমাংদগী হৌনা আহমশিংনা আসামদা দুর্গা লাংলম্লে হায়না লৌনৈ। আহম নিংথৌমচা সুন্দর গোঁহাই, মুকলি-গোঁহাইনচিংবনা দুর্গা পূজা তৌরম্বা অহুগা আহম নিংথৌ মবামমসু গড়গাঁও কোনুংদা য়াম্না চাওনা দুর্গা লাংলম্বগী ওয়াফম আহম বুরঞ্জীদা থেংনৈ।

ত্রিপুরাদসু মাইনদগী হৌনা দুর্গা পূজা তৌরক্লে। ত্রিপুরাগী ইতিহাস রাজমালাদগী থগৎবা ওমই মরুদি ত্রিপুরাগী নিংথৌশিংনা মথোয়না লাচ্চবা লাই তরামন্নবগী মরুংদা শৈব। শাক্ত বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী লাই পুম্নমক খাওদি। নিংথৌ অমা ওইনা ত্রিপুরাগী নিংথৌ পীঠদেবী ত্রিপুরা সুন্দরীগী মনাইমি; মশাগী ওইনাদি বৈষ্ণবনি। ত্রিপুরাদা শক্তি পূজা তৌরকপা অসি-অতম য়াম্না কুইরে; অদুবনি ত্রিপুরাগী লাই তরামন্নবগী মরুংদা দুর্গাসু য়াওরিবা। ত্রিপুরাগী নিংথৌশিংগী লাম চংলমদাইদা অমদি সিংহাসন কারমদাইদা দুর্গাপূজা তৌরম্বগী ওয়াফম থেংনৈ। ত্রিপুরাগী কোনুংদা পূজা তৌরিবা দুর্গা অসি মথুং অনিদা পাল্লি। মথুং অনিদা পানবা দুর্গাগী অশাবা মূর্ত্তি ভারতকী অতৈ মফমদা পংউ উদে। কয়ি মরমদগী ত্রিপুরাগী কোনুংদা থুং অনিদা পানবা দুর্গাগী অশাবা মূর্ত্তি লাংলিবনো হায়বগী মতাংদা অসুম্না হায়নৈ—মহারাজ কৃষ্ণকিশোর মানিক্য না পানবা মতমদা মহারাণী সুদক্ষিনা দেবীনা দুর্গা পূজাগী মতমদা দুর্গা পূজাগী মফম অদুদা চংতনা আরক্লিবী মতমদা জগৎমাতা অকীবগী শকফম লৌরিবী হিংচাবনু মায়থীবা পিরীবী থুংগু-থুংলাইতনা পাদোম জন্না লৈতেংলিবী দেবীগী মূর্ত্তি উবদা থংকী কীরমই। কীমনখিবদগী মহারাণী অদু নাথিরমই। মসিনা মরম ওইদুনা মথং চহীদগী হৌনা কোনুংদা থুং অনিদা পানবা দুর্গাগী মূর্ত্তি শাদুনা পূজা তৌবা হৌথি।

মনিপুরদসু অতুমঙাই—পূজা তৌরকপা মতম কুইরে। মনিপুবগী নিংথৌ খোংতেকচা (৭৬৩—৭৭৩ইং) গী মতমগী ফয়েংদা ফংবা কোরি কোম্পাক্তা দেবী লাংলম্বগী ওয়াফম অসুম্না ইবি—"শিবপু দেবীপু পূচা তৌবপতা শিবকী দেবীকী থোচানতকী শিজ যাইনাত্তা য়াই আনিমাপু ফংচরে। 'শিব-দুর্গা অনিমকপু প্রেমঙনগে হায়রবদি "ওঁ শ্রীং থগা অসিবমা রিঃ স্বহা" হায়বা মন্ত্র অসি থা ১২ শোনগদবনি। পূজাগী পোৎচংবদি হৈথাখোক মনা ১২ শৌগৈদাক মপান ১২, যন অঙাংবা, জমুবী অমসুং অঙৌবীগী মখোমনে, চেংনে, থোইদিংনে মেক্রুকনে থাওমৈনে অসি থিবিক্না পূজা তৌগদবনি, ওয়া অসিদি দেবীবু ফংজগদবা ওয়ানে হায়না ইখি। চরাইরোংবা মহারাজ সনা হাকতক্তা (১৬৯৭—১৭০৯) কালিকা লাংলে। কালিকা লাংপা মতাং অসি চৈথারোল কুম্বাবা

দা অয়ুম্বা ইন্নি— বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯ . .........কালেম থাদি থাংজমা হনঞ্জ। ......... ১২নি ইরাইদা কাজিকাগী কিয়োং শংকাইএ।” হায়রিবা কিয়োং অসি ইঙেন থাগী ২নি মুমলাইকৈশাদা কিখৈ। ৪নি ইরাইদা অওয়া কিয়োংশাবা চংখি। কিয়োং হায়বদি কুয়া (লাইশঙ) হায়বনি। চোংথাম লৈশাংগী কুম শক ১৬৩৮গী লমদা থাদী ৭নি শগোলশেন্দা অয়ুক মৌনা শাবা কিয়োং অচু শজাখি। খেং-খোকপম লেংহানগী কুম শক ১৬৪৮গী থামিল মোং লৈপাক পোকপাদা কালিকা ওয়াংখৈ নিংথেম পুখি, মপানদা থমখি। কৌজিক কাওবা শাইরেমনা মফম অসিদা কালিকা লাংলি। কৌজিক কাওবা লাংতুনা লাক্লিরা অরিবম লাইরম্মা অময় ভু শগোনশেম লাইরেম্মা চয়াই-খেংবা নিংথৌগী হাকথকুগীনি হায়নৈ। হায়রিবা লাইশিং অসি মুংদা অময়ুং থাতুনা হক্তুনা শাবানি। দুর্গাগী মূর্তি শাদুনা পূজা তৌবা হৌখিবা অসি চন্দ্রকীর্তি মহারাজ [১৮৫০—১৮৮৬ইং] না হাকথকুনি। মতাং অসি "চৈথারোল কুম্বাবা" দা অয়ুম্বা ইন্নি—"কুম্বী খুন নাথাবগী কুম শক ১৭৭৩ ......... মেরা থাদি ইরাইনা হনএ। ...... ১০নি কাক তান-বদা মমাংথৈদ। তৌখিদবা লাইরেম্বা দুর্গাগী মূর্ত্তি শাদুনা পূজা তৌএ। চমিদাং হিরাং থাবক লাক্তুনা হি তোংহন্দনা নৌকা লিলা শান্নেএ। ইসিংদা তাহল্লে। নোংমৈ তোপ ২০ লক খাই।" মতৌ অমুম্বা মথংগী নিংথৌরেন মথং মথংদসু দুর্গাগী মূর্ত্তি শাদুনা চহী খুদিংগী দুর্গা পূজা তৌদুনা লাক্লি। মহারাজ চূড়াচাঁদ না হাকথকুম্সু (১৮৯১—১৯৪১ইং) না কোম্বুংদা দুর্গাপূজা য়াম্না চাওনা তৌরমই। না কোম্বুং থাঙশাংত্রা বিজয়া দশমী নুমিংকী নুমিদাংদা নৌকা খেলা তৌরমই। কাক যাত্রা নুমিংতা লাউথোকপা চহী খুদিংগী থৌরম অসি শ্রীরাম চন্দ্রনা দুর্গাপূজা তৌবগা রাবন মকোক ককপগা মরী লৈনবা থৌরমনি।

# A Comparative study on Education in Kalidasa

Dr. Rabindranath Das.

We widely weigh Kalidasa as a great poet than an educator. After a careful study on him, it will be evident that his writings are pregnant with the various aspects of ancient Indian Education which we could rarely get from the compositions of his contemporaries. It is quite clear that the magnanimity of Kalidasa as a celebrated Poet had emphatically expressed by the following representative expressions of

the famous critics, as :

i) কবিষু কালিদাসঃ শ্রেষ্ঠঃ ।
ii) কবি কুলগুরুঃ কালিদাসো বিলাসঃ ।
iii) কবিতা কলানিবাসন কালিদাসন ।
iv) কালিদাসন রসবৃত্তিঃ ।
v) রাষ্ট্রকবিঃ কালিদাসঃ ।
vi) কবিতাগুরুং নমামি । vii) কবিমূর্ধন্যঃ কালিদাসঃ etc. But not a single line has been told about his pedagogical principles in which Kalidasa played a salient part. His thoughts on education influenced many a man of letters in later years, thinkers of great excellence and thousands of spiritual souls were caused to be thoughtful due to its all embracing effulgence. A synthetic survey of his thoughts on education will at once identify that he is a successful teacher of mankind.

Before going deep into the matter let us cite a marvellous sloka which tells ilself about the child psychology as [1]—

"আলক্ষ্যদন্ত মুকুলাননিমিত্ত-হাসৈ
রব্যক্ত-বর্ণ-রমণীয়-বন-প্রবৃত্তীন ।
অঙ্কাশ্রয়-প্রণয়িন স্তনয়ান বহন্তো
ধন্যাস্ত দঙ্গ রজসা মলিনী ভবন্তি ।।"

About the above-noted verse Mr, Chezy comments in his valuable edition of the Sakuntala,[2]

"Strophe Incomparable, quetoutpere, on, plutot mere, ne pourra lire san sentir battre son coeur, tant le poete a suy rendre, avecles nuances les plus delicates, l' expression vivante de l' amour maternal."

This is, verily, an incomparable psychological expression aboul a child which no modern psychologist can produce. The great educator Roussean opines that a child is a book which we can read from page to page. But in Kalidasa a child is not a lifeless book but a being with thrilling sensation which is, as Mr. Chezy says, l, expression vivante de l' amour maternal'—the lividg expression of maternal love. This indicates the psychological trend in education which is traceable in pestalozzian theory of education-In the 7th Act of Sakuntala[3] it is seen that the child sarvadamana is offered an Earthen peacock by a hermitess. The boy becomes naturally glad by getting it. Here it is clear that the Mrinmaura, is earthen peacock is used as a "Didactic Apparatus" which is now-a-days practised in the Montessori system of education. According to Dr. Montessori, [4]

"First of all the child develops the power of perception of sight which is the most important of all senses, and then step by step he develops the power of perception of feeling. hearing, touch and so on'

The doctrine of auto-education' is also similarly inaugurated consciously or unconsciously in Kalidasa's writings for the proper growth and development of the child.

**Religious Education ;**

The fundamental pedagogic principles of ancient Indian Education are entirely based on religion. Learning in India through the ages had been prized and pursued as a vehicle to attain the Supreme Goal of human life. For that reason we find that Kalidasa started his dramas with proper prayer to the feet of the Lord. Dr. R K Mukherji very well said,[5]

"The result is that it is religion that creates literature in India and world, it is an instrument for its own purpose, a vehicle of its expression. "And Kalidasian literature is not an exception to it. His writings may be viewed as a supplement to the histoty of Indian civilization.

He believes in Monoism as well as polytheism. Above all, he realises that actheos' is worshipped and honoured in a polychromatic style. In him, it is seen that intelligence is enhanced by the potency of penance. Penance groves are like the abodes of highmindedness, sameness of thoughts and feelings natural character building of the ascetic girls and the refinement of human behaviours. He was a staunch lover of the mental nicety of the females and not their nesty attitudes.

**Importance of students :**

Kalidasa necessarily takes stock of the various educational trends of the then India to formulate his new outlook through his books. The people of his time is to follow varnasrama –dharma for their individual aggrandizement. The hermitage occupies a prominent place as an oldage resort also at that time. Brahmacharya system of life is observed by the students of his period, Students had their life as per Gurukul system[6]. In Raghuvamsa, Aja also followed the same norm[7].

**Qualifications & Duties of Teachers :—**

It is the responsibility of the preceptor to select perfect pupils for admission. Any sort of bad selection indicates the foolishness and irresponsibility of the teachers concerned[8]. He must possess scholarstic interest for education. He should be a real scholar. Practically, a real scholar dignifies a conference just as an ideal son glorifies the earth as well as an ancestry[9]. Such is the dignity of

a real Pundit. The teacher is also to admire the calibre of the taught so that he may be encouraged to prosecute his studies with enthusiasm. This quality of a teacher is indispensible to enhance the curiosity and assertiveness of a tender hearted taught. Sir P. Nunn, a modern educational philosopher is an admirer of the same theme.

**Eminent Teacher :—**

There are teachers who are specialists in their own sphere of studies but are not apt to express it efficiently. There are others who can import instruction most successfully possessing a little learning He who possesses both the qualities is assessed as tne foremost among the teachers[10].

**Litigation between teachers & teachers :**

Sometimes it found that behaviour of a teacher with his colleagues does not carry any vanity They fall in dispute among each other[11]. The qurrel between Haradatt and Ganadasa in the Malavikagnimitra of kalidasa is an evidence in this connection Bagabati was appointed to act as an arbitrator to test the genuinity and depth of their individual versatility in Natyashastra

**Female Education : -**

The evidence explored out of such writings clearly shows that sometimes women are seen to share in the educational interest of the day. The Malavikagnimitra tells of Malavika who masters the art of dancing from her teacher Ganadasa. Sunanda acquires excellence in oration[12].

But he gives particular stress on the significance of woman as the mistress of the house She is indeed, the sincere shareholder of her husband's well and woe. Indumati is viewed upon as the disciple of her husband in regard to her efficiency in Music and Dance[13]

In Kumarasambhava, it is learnt that Parvate, the daughter of Himalaya was a meritorious student and the intellect of her previous birth has, automatically been arisen in her mind[14]. Women were not even devoid of yogic education[15], In most of tne cases, they are blessed with aesthetic sense. They are conversant with the tacts of embellishment

**Subjects of study :—**

The poet Kalidasa also throws ample light on the literature of his period We now proceed to enlist the names of the subjects of study and indigineous forms of literature which were known to the poet Kalidasa

Drama, Dance, Music[16], Painting[17], Art of Toilet[18], Veda, Aurveda, Astrology, Arithmetic, Retualism[19], Purana[20], Ethics[21], Military Science [22], Magic[23], Prosody[24], Politics[25], Sanskrit Prakrit[26], Shastra Vidya[27], Archary [28], Gradening[29]. Medical Science [30], Aswa-Siksha[31], Autobiography [32], Turism [33], Kalidahana Vidya [34], Aksha-Hridaya Vidya [35], Gaja-shastra [36], Yogo-shastra [37].

**Art of Writing & Letter Readers:—**

During his time Bhurja-patra was used s paper[38], Some times coloured Giri-mud was used as ink by the lovers at the time of writing letters to their sweet-hearts. While writing such letters some of them use shortened symbolical letters over the scattered lines of Bhurja patra and thus we can easily trace out here just a meagre view short hand writting system of our modern time [39]. Existence of Letter readers (Lipikarah) is also discernible. [40].

In conclusion, it is taken for granted that Kalidasa cherishes patriotism in his kavya, Above all, we are elated with joy to recite the beautiful verse of Kalidasa which at once unfolds the Cosmopolitan Conception of humanitarian harmony in education, as,

"অপিচ সববস্তরতু দুর্গা নি ভদ্রানি পশ্যতু।
সর্ব্ব· কামানবাচ পতু সর্ব্ব: সববত্র নন্দতু ॥"

**References :**

1. Abhijnasakuntalam, 7/27' Comparable slokas in : uttara-Rama-Charitam' 1/2,4/4, Kumarasambhavam, xi/43, Kadambari, p 244, Mriccakatikan, in, 23. 237n. 2
2) Sakuntala, Chezy edition, Paris, 1830
3) Sakuntala, p. 334 (Bose's Edition ).
4) K.K. Mookerjee, Some Great Educators, p 127.
5) R. K. Mookerji, Ancient Indian Education, Intro. p xxi.
6) K.K. Mookerjee, New Education and its Aspects, p 146.
7) Raghuvamsa, 5/38.
8) Malavikagnimitra, 1/113.
9) Dwatringsatputtalika, 4th Tale/ 1-4.
10) Malavikagnimitra, 1/108 ; Mahabharata, v 33/33.
11) Ibid, 1/?48
12) Raghuvamsam, 6/70
13) Ibid, 8/67
14) Kumaras Sambhavam, 1/30
15) Ibid, 1/21
16) Malavikagnimitra; 1/55
17) Ibid, 1/10.
18) Ibid, 3/88.
19) Twatringsatputtaalika-Tale 10,
20) Ibid, Tale No. 13,
21) Ibid, Tales, 18 & 21
22) Ibid, Tales, 11, 12, 24
23) Ibid No. 3, Vikramowashi 2/77
24) Srutabodh, 1/1
25) Kumara 3/6

26) Ibid' 3/90 27) Ibid, 11/70
28) Ibid, 15/36 29) Meghadut, purva, 26, 30) Ibid, 254.
31) Nalodayah, I/12
32) Ibid, 1/14
33) Ibid, 4/3
34) Ibid 4/21
35) Ibid 4/22
36) Raghuvamsam, 6/27
37) Ibid , 1/8
38) Kumarasambhavum, 1/7, Vikramopvashi, 2/93
39) Complete Works of Kalidasa, Vol II ( vidyabhosan Edition ), p. 9 (F.N)
40) Malavikagnimitra, 5/7.

# —মনিপুরগী মৈহৌরোন্দা 'পাঙন' ওয়াহৈ

জি, চাংথা

ঙসি মণিপুরীনা "পাঙন্" হায়না খঙ্নরিবা ওয়াহৈ অসি কদায়দগী লাকপনো হায়বত্তগী মরীদা থিজিন্নিঙাইনি। অরিবা মণিপুরী লোন্-দ ইরম্বা "কংলা তৌবা" কৌবা লাই-বিক্কা খৃষ্টগী চাশীং মঙাশুবদা পানখিবা মৈ-দিংঙু নাউফংবানা (খৃষ্ট-৪২৮—৫১৮) পাম্লি-ঙৈগী মতম্দা নোংচুপ লোমদগী পাঙন শুরু অমা মণিপুরদা লাক্লম্বগী ওয়াশীংথই মসিগী মরিদা পণ্ডিত নিং.থৌখোংজম খেলচন্দ সিংহনা মোত্ ফোঙ্দোক্লি—

"তৌজিক কালদা পাঙন শাবরগা মনিপুরদা মুসলমান ধর্ম্ম চংপা মীবু খঙৈন। মফম অসিদা হায়রিবা পাঙন অসিদি মুসলমান নত্তে। মরমদি মণিপুরদা মৈদিংঙু নাউফংবনা পানবা মতম (খৃ: ৪২৮—৫১৮) অসদদি মুসলমান ধর্ম শন্দোকত্রি, মুসলমান ধর্ম শন্দোকপা হজরত মহম্মদ পোকত্র। অবিবা মৈতৈ সাহিত্যদা পাংঙল হায়ববদি বাঙ্গালা লৈবাকলে মদগী লামপা মীবু খঙৈন। সংস্কৃত অমদি বাঙ্গালা লোনবু মৈতৈগী অরিবা সাহিত্যদা পাঙল লোল কৌই। থুদমদি বাঙ্গালা লৈব ক্কী ষষ্টিবব সেননী মচানিপা গঙ্গাদাস সেন্না ইবা মঙ্গভাবতকী অশ্বমেধ পব্ব মৈতৈ লোন্দা শকাব্দ ১৭২৪ তিয়াঙ্গৈ-খাগী ভবাতুমদোইনি পানবা শগোলশেন হুমিংতা মৈতৈবে'ন্দা ইথোকখি। লাইরিক অসিদা "মভাভারতকি অথোইবা অসিবু ময়িম পাংঙল লালোম কৈবদগী পোক্তৈরে মৈতৈ লোন্দা হন্দোক পিও" হায়না ইবি। মসিদা শিঙিন্নবিবা পাঙল হায়বা ওয়াহৈ অসি মুসলমানবু নত্তে বাঙ্গালা লোনবু হায়বনি।"[১]

অসিগুম্ব নত্তনা মনিপুরদা মুসলমান লাক্-লিঙৈগী মগাঙ্দা বাঙ্গালা লৈবাকপু 'পাঙন" কৌরম্মী। মৈদিংঙু লোইতাংবগী (খৃ: ১১২১

—১১৪৯) মতমদা বাঙ্গালা লৈবাক্তা শান্নবা খুংবু তম্'ন্নুহনা মণিপুরদা খুং শান্নবা হৌদো-কৃথি। মগিগী মরিদা "নিংথৌরোল্ লমবুব" দা অস্নুমা ঈরি—

"কো‍ৌ মুম্বিং মাদি নোংচুপ পাঙন্ খুল্ পোইরৈ মৈত্তৈ নাহা হুসোন ঙুংনাং খুংবু কোন্থাং চারন্ লেংতারি মিঙম্ য়েংনা চিংতান-খিয়ে।" ২

মসিদা পল্লীবা নোংচুপ পাঙন খুল কায়রি-বসি নোংচুপ মাযগৈদা লৈবা বাঙ্গালা লৈবাক-পুনি হায়গা খঙ্বা ঙম্মী। নিংথৌরল খাগেম্বগী হাক্তক্তা খৃষ্ট ভুং ১৬০৬ তা মুসলমান্না মনিপুরদা লম কৃপা মতমদগী হৌবহনা মুসাল-মানশিংতু "পাঙন" হায়রগা খঙনখে্।

মুসলমানশিং অসি-বাঙ্গালা লৈবাক্তগী লাবপনি হাযহনা "পাঙন" কৌখিবনি। মখোয়না লাকৃহিঙগী মমাঙ কাওবদি বাঙ্গালা লৈবাকপু অমদি মীওইশিংপু পাঙন কৌরম্মী হায়বা মথক্কী ওয়াকমশিং অসিদগী খঙ্বা ঙম্মী।

হৌক্তক বঙ্গ লৈবাক অসি কদায়দা লৈর-মগে হায়বতু য়েংনিঙাইনি। নোঙ্গাথংবা অচ্যুতচবণ চৌধুরীনা থাযনৈদা নোংপোক বঙ্গবু বঙ্গ বৌরম্মী হাযনা মাঙ্ কোংদোক্লম্মী, মশাগী অইবা লোনদ অসিনি—

"এখন আমরা যাহাকে বাঙ্গালা দেশ বলি, প্রাচীন বঙ্গ তাহা নহে; পূর্ব্ব বঙ্গই তখন বঙ্গ দেশ নামে খ্যাত ছিল।" ৩

শ্রীসুকুমার সেন না অম্নুমা মোত্ পীরি—

"পূর্ব্ব দিকে ক্রমশ হাটিতে হাটিতে এই যাযাবর বঙ্গ জাতি এখন যে স্থানকে পূর্ব্ব বঙ্গ বলা হয় তথায় বাস করিতে থাকে; তাহা হইতে পূর্ব্ব বঙ্গের প্রাচীন নাম হয় বঙ্গ। বর্ত্তমান কালে এই নাম সমগ্র বাঙ্গালা দেশ বোঝায়, কিন্তু কিছুকাল পূর্বেও শুধু পূর্ব্ব বঙ্গ বুঝাইতেই বঙ্গ শব্দের চল ছিল।" ৪

মহাক্কী মোত্ অসি নৈনকববদি কোয়চৎ চৎপা বঙ্গ কাঙ্লুপ অসি অহানবদা নোংচুপ রোমদা লৈরম্বদগী নোংপোক্লোমদা চৎখৎ-খিহনা হৌক্তিক্কী নোংপোক বঙ্গ অসিদা লৈখিবদগী বঙ্গ কৌখিবনি। ওয়াকম অসিনা ত কৃপদি লেখোক্ অসিনা নাকোয়নন্না অহান্-বদা নোংচুপ বঙ্গবু 'বঙ্গ' কৌরম্মী হায়বগী মশেন মথাং ওইনা তাক্লি অমসুং অকোনবদা নোংপোক বঙ্গবু 'বঙ্গ' কৌখিবনি হায়বগী সিংথেং অমাউবা কংই।

Dr. A. D, Pusalkar মোত্তা অসিনি মতুদি—

"Vanga from which Bengal proper receives its disignation, is not found in early Vedic. (The Aitareya Aranykamentians Vangas, and Cheres as birds, which probably means that they were non-Aryans speaking languages not intelligeble to the Aryans. Vagadha in the text appears to be a misreading for Magadha, as both were neighbours.) Vangas were residents of Vanga of eastern Bengal. (This also occurs in the Bandhayana Dharma sutra."[৫]

বি, কাকতিগী মোতা অসিনি—

"Vanga: Ancient name of a part of the modern province of Bengal. It comprised the tract east of the Brahmaputra and north the Padma. A great deal of the delta was marshy and unihabitable in the early period of Bengal history."[৬]

তৌইংখ্বমুং বঙ্গ লৈবাক্কী লৈকমগী মরীদা মামা কুপ্পা নৈনহুনা Dr. S. B. Choudbury না অস্মমা মোত্ত্ কোত্ত্দোক্লি।

"The geographical location of the Vanga country presents certain difficulties, as both in a political sense the position of the country changed in different periods. Epic traditions indicate date that in very ancient times Anga, Vanga, Paundra and Sumha were only important geographical divisions of the country to the east of Magadha, and that, Vanga was the designation of a country lying adjacent to Anga and Paundra. From the Mahabharata we learn that Jarasandha of Magadha over Vanga and Paundra. The question of Paundra apart, Anga in the Epic and Buddhist literature is represented as a country contiguous to Vanga and comprehending a portion of the latter."

"The indefinitness of Vanga as a geographical appellation noticeable in early literature disappeared. The entire traingular tract bounded by the Bhagirathi, Padma and the Megna estuary, definitly came to bear the empress of the ethnic name Vanga."[৭]

The Bengal Technical Institute—Calcutta 1908দা পৌরাণিক ভারতবর্ষ (সরল কৃত্তিবাস ও সরল কাশীরাম দাসের জন্য সঙ্কলিত) গী লৈয়েক্তা. রামায়নদা শ্রীরাম চন্দ্রনা অযোধ্যা লৈবাক্তগী সেতুবন্ধগী থাদা লৈবা লঙ্কা য়েঁানা চংখিবগী উংং চংপগী ৎম্বী যাওনা য়েকপা লৈযেকপু শুখদেব সিংহনা ১৯৬১ ইংরেজগী ওক্টোবর থাগী ১াকমৈ ১৯দা Retraced তৌহুনা য়েকথোকপদা বঙ্গ লৈপক অসি ব্রহ্মপুত্র অমসুং গঙ্গা তুরেনগী মরক্তা থম্মী অমদি ব্রহ্মপুত্রগী নোংপোক্তা চায়বদি বঙ্গ লৈপাক্কী নোংপোক্তা কিরাত ভূমি লৈহল্লি। শ্রীকৌশাম্বীনাথ মল্লিকনা প্রাচীন ভারত জনপদ সমূহ" গী লমদমশিং য়েকপদা বঙ্গ লৈবাক অসিগী নোংপোক্তা গঙ্গা তুরেল চেলহল্লি অমসুং ব্রহ্মপুত্রগী নোংপোক্তা হৌজিক্কী বাংলা দেশতা (নোংপোক বঙ্গদা) কিরাত অমসুং লৌহিত্তা লৈবাক থম্মী (৮)। মহাভারত তম্ব বঙ্গ লৈবাক অসি অঙ্গ কলিঙ্গ পৌণ্ড, মগধনচিংবা লৈবাকশিংগা থংননা পল্লি।

ডঃ রমেশচন্দ্র মজুমদারনা নোংপোক বঙ্গ বঙ্গ কৌরমদে, বঙ্গাল হায়না কৌরম্মী।

মসিগী মরীদা মতাক্তা অমুম্না মোত কোও দোক্লি, মশাগী অইবা লোনদ অসিনি—

"প্রাচীন বঙ্গাল দেশের সীমা নির্দেশ করা কঠিন, তবে এক কালে দক্ষিণ ও পূর্ববঙ্গের তটভূমি যে ইহার অন্তর্ভুক্ত ছিল, সে বিষয়ে সন্দেহ নাই। বর্তমান কালে পূর্ববঙ্গের অধিবাসীগণকে যে যে বাঙ্গাল নামে অভিহিত করা হয়, তাহা সেই প্রাচীন বঙ্গাল দেশের স্মৃতিই বহন করিয়া আসিতেছে।"৯

মথক্কী ওয়াফম কনামুক অসি নৈনরুরগা য়েংনবদি মমাঙডৈদা বঙ্গ লৈবাক অসিগী লৈকমগী ফীরেপ ফম লৈরমদে হায়বা ভাকই। লৈবাক অসিগী লৈকমগী মবীদা কনামত্তনা শেংনা উৎপা ঙমদে। অদুমদি ওইববদা হৌজক্কী নোংপোক বঙ্গ বঙ্গ কৌরমদ হায়বা তশেংনা তাক্লি।

হৌজিক নোংপোক বঙ্গবু কবম্বা মতমদগী বঙ্গাল কৌরম্বগে হায়বত্ত নৈননিঙাই ওই। ডঃ রমেশ চন্দ্র মজুমদারনা অসুম্না মোত পীরি—

"খৃষ্টিয অষ্টম শতাব্দী এবং সম্ভবতঃ আরও প্রাচীনকাল হইতেই বঙ্গ ও বঙ্গাল দুইটি পৃথক দেশ ছিল এবং অনেকগুলি শিলা শিলালিপিতে এই দুইটি দেশের একত্র উল্লেখ দেখিতে পাওয়া যায়।"১০

মথক্কী ওয়াফম অসিদগী খঙবা ঙম্মী মদু খৃষ্টগী চাশী ৮ শুবা অমসুং মসিগী থর মমাঙ দগীসু নোংপোক বঙ্গবু বঙ্গাল কৌবা হায়বা। তৌইগুম্বসু ঐতিহাসিক অসিনা খৃষ্টগী চাশীং ৮ শুবদা নোংপোক বঙ্গবু বঙ্গাল কৌরম্মী হায়ব অসিদি চিংননিঙাই লৈতনা হায়রবসু মসিগী মমাঙগী করম্বা মতমদগী হৌনা লৈবাক অসিবু বঙ্গাল কৌরম্বগে হায়রবদি তাশেংনা হায়বা ঙমদে। অদুমকপু মনিপুরদা খৃষ্টগী চাশীং মঙা শুবদগী "পাঙল" কৌরম্বা অসিনা "বঙ্গাল" লৈবাক অসি ঙক্লবদা খৃষ্টগী চাশীং মরিশুবা অদুওযাইদগীকাব লৈবা যাই। মসিগী মমাঙদদি ওইরমগনি হায়বা চিংননিঙাই লৈতনা হায়বা ঙমদে। ওয়াফম অসিনা খৃষ্টগী চাশীং মরিশুবগী মমাঙদা লমদম অসিবু বঙ্গাল কৌরম্মী হায়বগী কবিঙম্বা হতীক চাথা প্রমাণ অমত্তা কাওবা ঐতিহাসিকশিংনা পুথোকরকত্রি অমসুং মসিগী মমাংদা লমদম অসিবু করি হায়না কৌরম্বগে হায়বা তশেংনা খঙবা ঙমদ্রি।

ওয়াফম অমনা ডঃ রমেশ চন্দ্র মজুমদার না 'বাঙ্গালা' হায়বা মিংথোন অসি 'বঙ্গ' ওয়াহৈদগী লাকপা নত্তে। মহাক্কী মোত্তা 'বঙ্গাল' ওযাহৈদগী 'বাঙ্গালা' লাকপনি হায়রি, মশাগী অইবা লানদ অসনি—

"বঙ্গাল দেশের নাম হইতেই যে কালক্রমে সমগ্র দেশের বাংলা এই নাম করণ হইয়াছে, এ বিষয়ে কোন সন্দেহ নাই।" ১১

মহাক্কী মোত অসি নৈনকরবদি নাকোয়ননা বাংলা ওযাহৈ অসি নোংপোক লোমদগী নোংচুপ লোমদা শন্দোকবকপগী মওংদা ওইনা উংলি। অদুনা হৌজিক 'বঙ্গাল' ওযাহৈ অসি কদাযদগী লাকপনো অমসুং করম্বা কাওলুপকী লোয়েমা হাত্রবদুগী মরীদা খিজিনিঙাইনি। 'আইন-ই-আকবরী' ইরম্বা আবুল ফজলগী মোত্তা 'বঙ্গ' লৈবাক্কী লমদা 'আল' (লৌবী) লৈবদগী অসিবু বাঙ্গালী লৈবাক হায়না কৌখিবনি 'আল'গী রাহন

শ্রীঅচ্যুত চরণ চৌধুরীনা অসুম্না মোত্‌ কোঙ্‌দোক্লস্মী—

"ক্ষেত্রের জল আটকাইবার জন্য বাঁধ দেওয়া হয়, তাহাই 'আইল'। আল বা আইল আলবাল শব্দের অপভ্রংশ।"[১২]

ডঃ সুনীতি কুমার চট্টোপাধ্যায়না অসুম্না মোত্‌ পীরম্মী 'বঙ্গ' + 'আল' > 'বঙ্গাল' > 'বাঙ্গাল, বাঙাল' 'বঙ্গাল' শব্দে ফারসী প্রত্যয় 'অহ' বা 'আ' যোগে দেশের ফারসী নাম 'বঙ্গালহ, বঙ্গালা' তাহা হইতে মধ্য যুগের বঙ্গ ভাষায় 'বাঙ্গালা', আধুনিক বাঙ্গলা, বাঙ্‌লা."[১৩]

ডঃ সুকুমার সেনগী মোত্তা অসিনি, মহ্‌ মশাগী অইবা লোন্দ অসুম্না হৈরি—

"বঙ্গাল শব্দের উৎপত্তি বোধহয় বঙ্গপাল হইতে (অর্থাৎ জলা দেশের পালক বা অধিবাসী, তুলনীয় ঘোষাল < ঘোষপাল, সাঁওতাল < সামন্তপাল) সমগ্র দেশে বুঝাইতে ফারসীতে "বঙ্গাল হ" শব্দ চলিত হয় মুসলমান শাসনের কালে, ইহা হইতে "বাঙ্গালা" ও Bengal শব্দের উৎপত্তি।"[১৪]

তৌইগুম্বম্নুং ডঃ রমেশ চন্দ্র মজুমদারনা মথক্কী মোত্‌শিং অসি য়ানিংদবা উৎতুনা অসুম্না হৈরি, মশাগী অইবা লোনদ অসিনি—

"সুতরাং বঙ্গ দেশের নাম হইতে "আল" যোগে অথবা অন্য কোন কারণে বঙ্গাল অথবা বাংলা নামের উদ্ভব হইয়াছে, ইহা স্বীকার করা যায় না।"[১৫]

মথক্তা নৈনখিবা ওয়াফম কয়ামুক্‌ অসিদগী খঙ্‌বা ওন্দী মহ্‌ লোংপোক বঙ্গবু বঙ্গ কৌরমদে, 'বঙ্গাল' কৌরম্মী।

তৌফিক 'বঙ্গ' ওয়াহৈ অসি কদায়দগী লাক্পনো হায়বহ্‌ খিজিন্নিজাইনি। মসিগী মরীদা বি, কাকতীনা অসুম্না মোত্‌ কোঙ্‌দোক্লি—

"Various suggestions have been made about the origin of the word Vanga. Dr. N. N. Choudhury connects it with Tibetan bans marshy or moist Jnanedra Mohan Das in his Bengali Dictionary connects Vanga with santali Banga, a spirit Bengal being supposed to have been originally inhabited by the santali people. Along side these suggested derivations the following Austric formations may also be considered.

be-long, aea ( be=water ) $S^{55}$; mam-bong, belly, hole, H116; bong, mouth, M202, lu bong—cave H111; boang, to dig up, $D_{107}$ (b) In all these formations bong has refernce to some sort of physical depression or covity and may be looked upon as describing the water looked condition of the origion. In Assames channel in a cultivation field.

In the sound similarity be pushed futher, ancient Anga and Kalinga may be equated to Aus-

tric ang, to gape, $M_{1,,}$; Khasang, to open the mouth; and to Austric Kling. noise, respectively. In Assam there is a river named Kalang which may be equated to Austric Klong, noise."[১৬]

শ্রীরাজমোহন নাথকী মোত্তা অসিনি-

"The Bodos migrated to and settled in vast plain area comprising of the present North Bengal, and this was probably the first area of wide and vast plain land that they settled in. They, therefore, perhaps, called the country H(land) Bang (plenty) La (big, wide) meaning plenty and wide land. It is probable that the present name of the country Bangla (Bangal) is derived fron its ancient Bodo name,"[১৭]

Sylvan Levi গী মোত্তা মসি তক তকনা য়েংহল্লি মচ ভারতকী লম্ অয়াম্বগী মি· ওষ্টি ক্ (Austric) লোন্‌গী মঙুং চল্লি তুংদা মখোয় অহু সংস্ক তকী শক্তম লৌখি। বঙ্গমিং অসিসু মহুগী লিষ্ট অহুগী মঙুং চল্লি [১৮]।

মথকী মোত্‌ কয়ামুক্ অসি নৈনকরনদি ঐতিহাসিক খরনা 'বঙ্গ ওয়াহৈ অসি ওষ্ট্রিক্ লোন্‌গী মঙুংচল্লি, খরনা Sino Tebetan গী মঙুং চল্লি হায়না মোত্‌ পীরি। অমবু ওইরবসু অয়াম্বা ঐতিহাসিকনা বঙ্গ ওয়াহৈ অসি আর্য লোন্ নত্তে হায়না য়ানরবা ওয়াকমনি। অহু ওইরবদি বঙ্গাল ওয়াহৈ অসিসু আর্য লোন নত্তে হায়বদা থোকনা লাক্লোইদ্রা খল্লে।

হৌজিক বঙ্গাল ওয়াহৈ অসি কদায়দগী লাক্‌পনো হায়বহুসু নৈননিঙাই ওই। মনিপুরীনা থায়নভেলা পাঙল কায়রগা নোংচুপ লোমগী বাঙ্গালা লৈবাকতবু অমদি মীওইশিং তবু খঙ্‌নরমদে কায়বগী খুদমসু লৈত্তবদি নত্তে। নোংপোক্ মায়গেদা লৈরিবা খুন্দারিবা মীওইশিংগী মঙুংদসু মনিপুরীনা পাঙল কৌরম্বগী ওয়াসুলৈ। থাবনগী অরিবা লোনদ ইরম্বা নিংথোরোল লম্বুবদা অমুম্না ইরি মহু অসিনি

মৈদিংঙু খুন্ খুম্বদি কাওরৈ নোংপোক্‌লা পাংববম্ শেনবি উপায়কোন্ পাইখু লমজুংশিওকোবদি কদৌমুংগীনো? নমুওয়া চীংখোং পোইরৈত্তোনগা মৈতৈরৈমা লৈমা লৈনাউ তাবিগা শেনবি শিদবা কাবো মাদবকু খুন্থিরক্‌পদা চীংখোং পোইরৈ তোননা শেনবি মীক মীরৌঙ্‌দা চংলবসু মৈতৈরৈমা লৈনাউ তাবিনা পায়েন উবু পায়না কোয়া কপ্পময়ে। অহু নোংগীবু পায়কোন্ ওকৌয়ে। পায়কোন পোনমংক্তি শেনবি কোংঙান তাকংচা[২০]। থাংলেন মখুংশু শুনমনগা থোহু কেন্নমলগবু লাইজা মিদা তুমা লমকনববু পাঙল খরুক মেত্তাংচানা পাঙল ইরমৃথৈ খকক অতুয়াবু করম মুনখিবনো। পায়েন উবু পায়না কোয়া কপলময়ে। অহু নোংগীবু শেনবি উপায় কোন্ পাইকোন্ লমজুংশিদা খোশাবনে।"[২১]

মথক্‌া পল্লিবা 'পায়কোন্' (পাইখু) হায়বিবা লমদম অসি নোংপোক মায়গেদনি

ওয়াকম অমসা অত্রাম্ভ মায়ক্তৌনা 'বঙ্গ' ওত্তাইৰ আর্য্য কাঙলুপকী লোন, মতম্ভ অয়বগম্বা ওই। চাওফিনা 'বঙ্গাল' ওয়াহৈ অসি আর্য লোনলোনবা মীওই শিংনা সাস্কৃতকী ওয়াহৈ লৌশিনখিব্বনা (sanskritized) বঙ্গাল, অদুগা কাম্বরুপংদা লমদম, পূর্ববঙ্গ বাঙ্গালা > বাঙলা > বাংলা লৈরক হায়না খঙনখিবা য়াই। অরিনা, ডঃ রমেশ চন্দ্র মজুমদারনা বাঙ্গালা মিংথোন অমস্তুং ওয়াহৈ অসি ভশেংনা চায়ত্রবস্থ নাকোয়ননা নোংপোক লোমদগী নোংচুপ লোমদা শবোকরকপগী ওয়াকম য়াদ্রি। ওয়াকম অসিনা পাগান লমদমগী মীওইশিং হৌজিক্কী নোংপোক বঙ্গদা লাক্কুনা খুন্দাবস্থ য়াই। মসিদগী নোংচুপ লোমগী মীওইশিংনা 'পাগান' হায়দগী 'বঙ্গাল' ওয়াহৈ অসি থৈদরক্কগা য়ানা লৈ। অদুবু মসিগী মবীদা চিংনিনঙাই লৈতবা কৰিগুম্বা মতীক চাবা প্রমাণ মায়চৌ-শিংনা পুথোক্রক্কৃত্রি। 'খাগেম্বা লাঙজৈ'দা অশুমা ইরি—

"মৈথিংঙুনা মংকন মীনয়গী থরুক মীওই খঙনা তুবি কনহৌনখিক লাইবেন থাংশা পাক্ল-বনা লাইবেন নোংশা শারাক তম্বা ওয়াকৈ হিকুমুংগী মংকন খুংনা কংনা মংকন অয়াক তম শমলাং তরয়ননা থরুক লুচিংবা পাঙল মীরোংথন অনন্ খা মংকনথা হুমেন লানপুম ও মাপু পাঙন চত্তমা মারোইব।" ২৩

মথকী লাইরিক অসিদা মুগোলশিংবু থরুক অমসুং পাঙন হায়না পরি। হৌজিকমসুং মসি কায়নথ'দা মুগোল কাঙলুপ্পা বাঙ্গালা লৈবাক্তা লাক্কনা মতুংদা কৌখিবনি। অসিনা মরম ওইডনা নোংপোক্কী লমদমদা লৈরিবা পাঙন থরুক মেন্দাং কাঙলুপ অসি কাঙলুপ অমত্তনি হায়না লৌশিনবা য়াদে। অদুগা মুগোল শিংবু পাঙন অমদি থরুক হায়না পল্ল-বস্থ 'মেন্দোং' হায়না পদে। মরম অসিনা অহানবদা নোংপোক্কী লমদমদা লৈরবা মীওই কাঙলুপ অমবু পাঙন হায়না খঙনরম্বগী নোংচুপকী লমদমদা লৈরিবা বাঙ্গালা লৈবাক্কী কাঙলুপতবু খঙনখিরম্বা য়াই।

## Foot-note Index

১) অবিবা মনিপুরী সাহিত্যাগী ইতিহাস অহানবা শরুপ—অহানবা শরুক—Foot note—লমাং ৬৭,
২) ওইনাম জোগেশ্বর সিংহনা সমপাদনা তৌখিবা কাংলোলোল অমরুবা—লমাং ৮৪,
৩) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত দ্বিতীয় ভাগ—প্রথম খণ্ড—পৃঃ ১১২, ৪) প্রাচীন বাংলা ও বাঙালী (১৯৭২ ইং) পৃঃ ৭—৮, বাঙ্গালা সাহিত্যের ইতিহাস প্রথম খণ্ড (১৯৪৮ ইং) উপক্রমণিকা—পৃঃ ৪—৫; ৫) Dr. A. D. Pusulkar in his article on the Aryans settlements in India—The History and culture of the Indian people, vol-I—edited by R. C. Majumdar etc p.p. 256-257, ৬) Quoted by Dr. B.K Barua in Ancient History of Assam vol-I—pp. 209-210, ৭) Ethnic settlements in

Ancient India—p. 180, ৮) ভারতবর্ষের ইতিহাস ( ১৯৬৯ ইং )—পৃ: ৪৮ ; ৯) বাংলা দেশের ইতিহাস—প্রথম খণ্ড ( প্রাচীন যুগ )—পৃ: ২, ১০) মথক্কী মাওকম—পৃ: ২, ১১) মথক্কী মাওকম—পৃ: ২, ১১) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত—দ্বিতীয় ভাগ—দ্বিতীয় খণ্ড—পৃ: ৯৭, ১৩) বাঙ্গালা ভাষা তত্ত্বের ভূমিকা বিজ্ঞপ্তি ( প্রথম সংস্করণ )—পৃ: IV, ১৪) বাঙ্গালা সাহিত্যের ইতিহাস—প্রথম খণ্ড ( ১৯৪৮ ইং ) উপক্রমনিকা—পৃ: ৫, ১৫) বাংলা দেশের ইতিহাস—প্রথম খণ্ড ( প্রাচীন যুগ )—পৃ: ২, ১৬) Quated by Dr. B K Barua in 'A cnltural History of Assam—vol, I at pp. 209-210, ১৭) The Back ground of Assamese culture—p, 17. ১৮) Translated by Dr. P. C Bagchi —Sylvan lavi না ইবা—pre Aryans and pre Dravidians in India,

১৯) ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদন তৌবা নিংথৌরোল লমবুবা—লা: ৩১৩—১৪ ; ২০) মথক্কী ম.ওকম—লা: ৩৭৬, ২১) অনুবাদক সুমিত্রা চৌধুরী—ডঃ রমেশ চন্দ্র মজুমদারগী" সুদূর প্রাচ্যে হিন্দু উপনিবেশ—পৃ: ৩১৭, ২২) D.G.E. Hall—A History of South East Asia (1964)—p. 137, ২৩) ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদন তৌবা—খাগেম্বা লাংজে—লা: ৫ ।

# আলেক্স হেলিগী 'রুটস'

রাজকুমার জিতেন্দ্রজিৎ সিংহ

আমেরিকাগী অকাওবা নিগ্রো লেখক অলেক্স হেলিগী 'রুটস' * তৌবা লাইরিক অসি আফ্রিকাদগী কানা পুরকতুনা, আমেরিকাদা য়োনথোরকপা নিগ্রো মীনাই শিংগী ওয়ারিনি। ইংরাজী 'রুটস' হায়বা শব্দ অসিগী মনিপুরী অর্থদি 'মরা' হায়বা যায়। অশেংবদি লাইরিক অসি লেখকী মপামপুশিং হায়বদি হৌরককমগী ওয়ারিনি। অদু ওইরবসু অমরোমদা লায়রগা লেখকী লোনদা লাইরিক অসি আমেরিকাগী লক্কা লক্কা অমুব মীয়ামগী ইতিহাসনুনি।

* * *

ইংশোক ১৭৫০গী বসন্তকালগী নোংমা নোঙালমদাইদা নোংচুপ আফ্রিকাগী গাম্বিয়াদগী জুমিৎ মরিনিগী খোংচৎ লাপ্পা তাবা, জুফুর তৌবা খুংগং অমদা ওমরু কিন্তেগী মুপী বিন্তে কেবাগী মচা মুপা অমা পোকখরে। অতাং অদু পোকপদগী মুমিৎ তরেৎনি কাওবা অতাং মপা ওইরিবা ওমরু কিন্তেগীনা মচামুপাতগী কয়ি মিংথোনশিগে ওয়াথন তৌবা হৌখরে।

মখোই অসি মানডিংকা কৌনা ফুকপক্কী মীনি। মখোইগী মরুংদা মিংখোন হায়বসি লুরবা পোৎ অমনি। মিং অদুগী চপচাবি মতিক মগুন অঙাং অদুনা ফংগদবনি।

নিংখানগুবা নুমিত্তা কৈরবাই লৈকায়গী মীয়াম মান' মানা ওমজবা ওমোক হৈরোক পুদুনা ওমকগী মযুমদা লাকখবে। খুনগী পুং য়েইবশিংনা পুংজাও খিনখি। পুরোহিতনা মন্ত্র শোনদুনা লাইদা অঙাং অদুগী অশাংবা পুন্সি প্রার্থনা তৌখি। মথংদা মপানা মচা-দুগী মনাকোংদা মহাক্কী মিং অদু কামখি। মহাক্কী ওইজদোবিবা মিং অদু অঙাংদুনা খ্বাইদগী হান্না তাগদবনি। অকোনবদা খুংগং অদুগী লাইবিক ওজা ওইবিবা নুপাদুদা ওমকনা মিংদু তুমিন্না তাকখরে। ওজদনা মযামদা লাউথোকখি "ওমক কিন্তে অমসুং বিন্তে কেবাগী অহানবা পোকপা মচানুপাগী মিং কুন্দা কোই। অবোইবদা অঙাং মপাদুনা মচাদু অদুবু খুংগংগী মসজিদ মনাক্তা পুরক-তুনা, মকক থকতা থাজাত্তুনা, থাজা অমসুং থাওয়ান মিচাকনা লৈতংবা অতিয়া অদু উৎনা হাযখি," যেঙ্ নাঙানদগী অহেনবা হায়বদু মসিতনি।"

থরা থরা তৌদুনা কুন্দা চাওরকলে। চহী মতাং নংজু মঙাংগুবা কাওাদি খুংগংগী অঙাং শিংবু হন্নবি মবেন শিংনা শেনবম্মি। হন্নবি শিংদুগী মরক্তা নিও বুটু কৌনি,— চক্ষু মনিংদগী হেন্না মুববি, ময়াকোপলবি অজন অমবু অঙাংশিংদুনা য়ামনা পান্না তৌবম্মি। হন্নবিসি ওয়ারি লিবা য়ামনা হৈ। মুংদাং ওইরকপগা অঙাংশিংনা মহাকপু কোইশন-দুনা কমখি, ওয়ারি লিউ, ওয়ারি লিউ হায়না তকখি। হন্নবি অদুনা তপ্না তপ্না হৌরকই চহী অমা নোং চুদনা য়ামনা আওয়বা নংনখি। ময়ামনা আল্লাদা কন্না প্রার্থনা তৌখি। মুপী শিংনা নোংজু জগোই শাখি, অদুবু কানদে। মুমিং খুদিংগী হামেং অনিগা, মন অমগা কমখি। কহিসু কানদে। উপল ওয়াপল কংশিনলকলে, ককুত্তা ঈশিং লৈরকত্রে, চিং-মুংগী শঙানা খুংগংগী কুযা তমনা লাকপা হৌখরে। অনা অয়েক লেপখিদরে, থরা শোনবা, থরা চহী চৎপা কাংবুদি শিবা হৌরে। মগাং অসিদা আল্লানা পুশিল্লকপোই, করবা কুন্তা বোবা নুপা অমা খুন অসিদা থুংলবে। আওবাবা ময়াম উবা অদুদা মকা-কনা থুরু থুদক কুনন্না মুমিং মঙা চাদা হিপুনা আল্লাগী মিং শোনবা হৌখরে। মঙাংন গুবগী সন্ধ্যা ওইবম দাইদা নোং বন্না চুখর-কলে। অসুম তৌদুনা অখোইগী জাফব কৌবা খুন অসি হিংজৌবনি। আসগুম্বা করিবা কুন্তা অদুগী মগুরপানি হৌজিকী কুন্তা হাযবিবা মুপা মচা অসি। ওয়ারি তাবিবা অঙাং শিং-দুনা কুন্তাবু থাগৎপা মিংযেংনা য়েংখি।

অনগুবা কুন্দা, হায়বদি চহী মঙা কেনল্ল-কপ জজ্ঞা অদুদা কুন্তা অমসুং মহাক্কী মমাম্নব শিং অদুগী মপুন্সি তাংকক অমা হৌখরে। খুংগংগী অতৈ অতৈ অঙাংশিংনা লোয়নন্না মখোয় মুংথিল খুদিংগী হামেং শেনবা চৎপা হৌরে। অদুগা অযুক অমসুং মুংদা দনা ওজাগী শংগাইদা চংনা লাইবিক তমখি। ওজনা কুশানা চিংবা লাইরিক তাকপিখি। ধর্ম কর্মগী মরমদসু তাকপিখি।

খয় লৈরগা ফৌলোক কুমৈ হৌরে। খুন অপুন্নবগী মীয়ামনা থবক ইংথাং লেপ্তুনা হুমিং অক্লেৎনি হারাও কুমৈ পিজা পিথকত্তা লেন-খরে। কোইনা কোইমা চত্তুনা ওয়াক্তি লিবা ক্ষ্যাংবুশিং লাকতুনা হৌখিবা মতমগী নিংথৌ-রোল্লগী ওয়ারি, পারি পুন্সিগী ইতিহাস অচৌ অচৌবা লানগী ওয়ারি কয়া ঈশৈ ওইনা শক-ফুনা থুংগংগী মীশিংবু তাহনখি।

চহি তরানিথোই শুবদা কুত্তাগী লাইরিক তম্বা লৌইরে। লাইরিক তম্বা লোইবা হুমিং অহুদা লাইরিক তম্মিবা অঙাংশিং অহুগী মপা মপা লাকতুনা ওক্লাগী শুমাংদা থেনলাব। ওজা বিরমা কেশ্নিনা শুমাং ময়ায়দা লেপতুনা ছাত্র মচাশিংবু য়েংখি। অহুদগী কুত্তাদা প্রশ্ন হংখি। "থাইনা নংগী নপা নপুশিংনা করি শিন সুরম্মি?" "কুত্তানা থুম্মি" নোংজু চা অনিগুম মমাংদা মালি ক্লৌবা লম অহুদা কিত্তে কাঞ্জবুগী মুপাশিংনা য়োং শুরম্মি। অহুগা মুপীশিংনা চক্ শারম্মি, মোইথাপ নাইরম্মি। "করে পাথোনাশিং অসি হন্দোক ও ওক্লাহনা হায়রম্মি। পাথোন হান্দোকপাদা কুত্তা চিংনবা লৈখিদে। মথংদা ছাত্র ময়াম অহুনা মহাক মহাক্তী মিং প্রেক্ত মথক্তা আর'ব ময়েক্কনা ইথরে। অরোইবদা ওক্লাগী য়াথং-দগী কুত্তানা কুরানগী বয়েং অম আউরাইখি। তিল্লিবা ময়াম অহুগা য়ামনা থাগংখি।

নোংমা মুংদাং চাক চারিউদা মুপা অমা চঞ্জকতুনা মমাইদা কিঙৌ অমনা থুমজিনহনা কুত্তাবু য়ুমগী মপানদা থোকখি। মহাক মীওইজবগী ট্রেনিং থাবা চংপা নংগদৌরে হায়-বহু কুত্তানা ভাব তাখি। মবুকনিংদা অকিবা অমা পোকখি। অহুনবু করিগুম্বা লৈত্তে। লোত্তানলগা থুংগথদগী লাপলবা চিংজুং অমদা পুরকলগা মহাক্তী মমাগ্নদগী কি অহু লৌথোকখি। কুত্তানা য়েংখিবদা য়োমা শেংবা শুমাং অমদা মহাক লেপ্পা লৈরম্বা উবা ফঙে। ইকোয কোইমদা নোনা-শাগংপা লৈবাক্তী শং মচা মচা থয়া লৈরম্মি। শং মক্কামহু শম্নল অমনা কোইশিনম্মি। মহাক্তা লোয়ননা মহাক্তী মমানবা অতৈ কয়াগু যাওরম্মি। মমাংদা মথোইগী থুনগী অহল অমা লেপ্পা লৈবা উবে। অহল অহনা নক্তা ময়াম অহুগী মায়থোংহু ওহাক যেংনা লৈরগা হায়, মুপা ওইরবদি অকি অথং লৈরোইদরনি। থৌনা ফত্তবা মী অমনা জাতিগী থুদোং থিবা থোক-হল্লি। হাযবা 'লাইবগা মুপা মরি মভা চে ও-থোককতুনা অঙাং শিংহুবু শাজেনা থিন হুনা শং ময়াম অহুগী মন্নুংদা হোইজিনখি। ট্রেনিং হৌরে।

ট্রেনিং অসিদা তম্বিখিদাব হিবম য়াও খিদে। অহিং মুংদাং অমমবদা চৎথোক চংশিন তৌবা, শাগী লমচৎ শাজৎ, লানগী থুৎলাই শেম শাবনা চিংবা শিন পুন্নমক মথোইবু মখোং মবি শিংনা তমখরে। ওয়াবি লিবা অহল অমা লাকতুনা থায়নগী অকন অথৌ মপা মপু শিংগী ওয়ারি, নিংথৌরোনগী ইতিহাস লিহুনা তাহনখি। ঈশৈ শকপা মুপা অমবগী থায়নগী অথৌবাশিংগী ঈশৈ তমখরে। থবাই অকোনবদা ওঝা অমা লাকতুনা ধর্মকর্মগী মরম কয়া তাকপিখি, কোরান, বাইবেল অমসুং অতৈ অতৈ অরিবা লাইরিক কয়া কহা-দগী ওয়ারিনা চিংবা থিগ্গুনা তাহনখি। মর-

কত্তা মোংমা কুম্তানা খ্বাইদগী কিনা ভাইবা থোদোক থোকখরে। "কার্বমি ইসলাম ধর্মগী হৌমবি মতুং' হায়না 'মখোইবু সুব্রত তৌথরে। অসুম তৌনা ট্রেনিং লোইরবা মতম অদুদা ওবা ময়াম শিংগী লুচিংলিবা অহল অদুনা হায়খি, "খুংগংগী মীং নাকোং শকনিববা নখোয়নি। খুংগংবু ভাকশেন তৌগদবনি।"

ট্রেনিং লোইদুনা হল্লকপগা চহী অমরোম মতুংদা মোংমা কুমিং 'অম', অহিং খুংগং শংবগী ডিউটি লোয়রগা, অয়ুক ওক্তা খুংগংগী শম্বন ওয়াংমদা কুম্তানা উজাও অমা যাম্তবা লাকনরম্মি। উ অদুনা পুংজাও অমা শাগে হায়না য়ানল্লিরিবনি। মতম অদুদা ইথং থও তৌদনা মী মরি মঙানা মহাকপু নমনা ফাখি। মীশিং অদুগী মরক্তা অঙৌবশু য়াওরম্মি, অমুবশু য়াওরম্মি। কুম্মানা নানপোকদগী য়ামমা কয়া হোৎনরম্মি। অমা অনিবু হাইদংনা লৈবাক মথাদা থাদখি। অদুবু কানবা লৈখিদরে। মহাকপু কাহুনা মথুং পুজিনদুনা মমিং মমায় খুমজিন্দুনা, হি অমদা হাপচিল্লগা অথাপ্পা মফম অমদা পুখরে। মফমদু যৌরগা মমিং হাংদোকখিবদা মহাকুম্বা অতৈশু সুপা, সুপী অঙাং কয়া উটক যৈদুনা পুঃ থরম্বা কুম্তানা উবা ফংখি। শাওনিংবগা, ভুঙাইতবা কুম্তা লৈফম থংখিদে। পুনলিবা থৌরি অদু থদংকে হায়না, নাম্বোকে হায়না তোইনা তোইনা হোৎনখি। ভমখিদে। চরা লৈরগা অঙৌবা সুপা অমা লাকতুনা মখোইবু নমঃ। থিমা, শেৎনা, ফাকনা যেংখি। মথংদা কুম্তাগা লোয়ননা সুপা মরি অমসুং সুপী অনিবু থনগত্তুনা থমলে। অদুদগী মৈ ইকপা য়োং চৈ অমনা মখোইগী মনংগনদা ইংরাজী ময়েক য়েকখরে। ময়েক LL অনিসি মখোইবু পুগদোরিবা মীনাই লাল্লোনবা জাহাজ অদুগী মমিংগী অহৌবা অক্ষর অনিনি (Lord Ligonier)

মুমিং থরনি মতুংদা ইংশোক ১৭৬৭গী জুলাই থাগী তারিখ ৫ অহিং লুংদাংদা জাহাজ অদু কুম্তাগুম্বা লল্লোনবা নিগ্রো মীনাই ১৪০গা, শামু ময়া ১২৫০ গা থোইক, লশিং অমসুং সনা গ্রাম ৯০০ পুরদুনা আফ্রিকাগী গাম্বিয়া থাদোকতুনা আমেরিকাগী ভার্জিনিয়া ভন্না চৎপা হৌরে। থা অনিগী মতুংদা সেপ্তেম্বরদা আটলান্টিক মহাসাগর লান্দুনা জাহাজ অদু ভার্জিনিয়াদা থুঙলরে।

লম্বিদা জাহাজ মমুংদা কাহুনা পুরকলিবা মীনাইশিং অদুনা নংখিবা আওয়াবদু য়ামনা শাথি থরনা, তম্বদা মশক থোকত্রবা মওং অমনি। জাহাজকী থ্বাইগী মথা থংবা মাল হাপ্পনা কা অদুদা উপাকনা শাব থুথবা তাক অমমগী মথক্তা মী অমমমবু শিকলনা পুন্দুনা থমখি। উপাক অদুগী মথক্তা তুম্বা, হিগ্না, চাবা, মাংবা পুয়মক তৌজল্লী। মমথরবা কা অদুদা য়ামনা খুথিনা আওয়া অনা নংনা মী মাযামদু শোক যেনগুম্মা ওনা থোইনা থাংখি। মওক মরক্তা শেংদোক শাদোকপা ওইনা সগম্রগী ইশিং বালতি বালতি চাইশিন্দুনা শাংথবা উরোং শুমজিৎ গুম্বা পোৎ অমনা মখোয়গী ১শাদগী অমাং থুনামবশিং অদু মী অমনা শেক্তোখি। মদুনা অতৈশু অনাবগী মশক ওইখি। সুপী অঙাং শিংবুদি তোঙাম্না থমখি। অদুবু জাহাজকী সুপাশিং অদুনা মখোয়গী ধর্মনাশ তৌখি।

ভার্জিনিয়া থুংলয়বা মতমদা জাহাজকী কর্মচারী খরগা নিগ্রো মীনাই ৪২ শিহোরে। অচুমক ওইরবসু হন্দকী যাত্রা অসি ওইজবা যাত্রা অমনি হায়না জাহাজকী কাপ্তেন না মপুকনিংদা শোনখি।

অসুম তৌড়না। কানা পুরকপা কুন্তাবু আমেরিকাগী অভৌবা মি অমনা লৈখরে। লমদম লাপথ্রবা, মুংশি কৈত্রবা দেশ অতুগা মীনাই অমা ওইচুনা মহাক্কী পুন্সি অচু য়ামনা ওয়ানা লেনখি। ইচং থৌনা ফবা, মনিং মথা তম্না পানলম্বা শা অমবু লাং থাকতুনা ফারগা তুহৎনা শিজিন্নবগুম মহাকপু অভৌবা মপুশিংনা শিজিন্নখরে। থাপনা লৈহৌরবা ময়ুম মকৈ, থুংগংগী ওয়া, মরম খংহৌদনা লৈহৌরিবা মমা মপা মচিন মনাও শিংগী ওয়া কুন্তা পুন্সি চুপ্পা কাওবা ঙমখিদে। মতম কয়া চেনখিনবা হোৎনরম্মি। অচুবু ঙমখিদে। খর লৈবগা মীনাই চুপী অমগা লুহোংখরে। মচানুপী অমা পোকলে। মচানুপী অচুদা মহাক্কী ওয়ারি পুন্নমক লিরম্মি। মচানুপী অচুনা মহাক্কী মচা-শিংদা মপাগী ওয়ারী অচু লিরম্মি। অসুম তৌনা ওয়ারি অচু মথং মথং মখোইগী বংশদা লাকখি।

* * * * *

ইতিহাসকী ইচেল মতুং ইন্না মতম অমদা কুন্তাগী চারোন শুরোনগী হাক্তকতা মখোইগী মীনাই শক্তম কোকখরে। স্বাধীন ওইখরে। আমেরিকাগী আযাম্বা নিগ্রো শিংগী মতৌ-গুম্না হৌজিকত্তি কুন্তাগী শুরোনশিং আমে-রিকাদা বৈজ্ঞানিক লেখক সরকারগী অচৌবা কম পাইবা মীওং ওইরি। লেখক আলেক্স হেলি কুন্তাগী শুরোন তরেৎ মথাদা পোকপনি। ওয়ারি অসিগী মচাক থিবদা লেখকনা আমে-রিকা, আফ্রিকা অমসুং ইংলণ্ডগী লাইব্রেরী, মিউজিয়াম রেকর্ড কমনা চিংনা মক্তম থিবিক্কা চহী তরা চংনা রিসার্চ তৌখি, অচুম তৌনা য়ামনা ওয়ানা খোজ্ব্রিকচুনা কংশিবা ইতি হাসকী মরি ময়ামবু শমজিনচুনা ইরকপা ওয়া-রিনি। লেখকনা হায়রি, আমেরিকাদা লৈরিবা আফ্রিকাদগী হৌরকপা অমুবা কাংবুগী মপুকনিংদা অমুবা নিগ্রো হায়বসি অভোনবা নত্তে হায়বা আত্ম সম্মান পোকহন্নবগী দমক্ক ঐনা লাইবিক অসি লেংবনি। অতুগা পৃথিবী গী মিয়াম পুন্নমক অসি সৃষ্টিকর্তা অমত্তনা শেমলকপনি, কঙিসু থেন্নবা লৈতে হায়ব অতুসু ঐনা নিংশিংহনজগে তৌবনি। লেখকী উদ্দেশ্য অসি সকল ওইরে হায়বা য়ায়।

—

* Roots by Alex Haley
( ইংরাজীদগী অনুবাদ )

# বীর টিকেন্দ্র জীৎকী নর সিংহ কবচ

মহারাজকুমার
সহদেব বিক্রম
কিশোর দেববর্মা



নোংপাক ভারততা লৈরিবা নিংথৌশিংগী মরকতা ত্রিপুরা ১মসুং মণিপুর রাজবংশ যাম্না অ'নবানি। মতমহুগী হৌনবী নিংথৌসিং মসেন লান থেংনবাসিদা মণিপুর ১মসু' ত্রিপুরাসু মহৌশ নি। অহুবু মতম খর লৈরগদি ত্রিপুরা নিংথৌ রাজধর মহারাজগী মতমদগীদি লুহোংবনা মরম ওংহুনা ভায়শেন ওয়নখি। মহারাজ কৃষ্ণমানিক্যগী মহারাণী জাহ্নবীনা মহারাজগী মনাওগী মচা ইবুঙো রাজধর মানিক্য ১৭৮৫ খৃঃ ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওয়না সিংহাসনদা ফমখি ১মসুং মণিপুরাধিপতি জয়সিংহ মহারাজকী মচানূপী হারশেশ্বরীবু লু.হাংখী (মতান্তরে রাজেন্দ্র মানিক্য ১৭৮৫ খৃঃ দা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওয়না সিংহাসনদা ফমখি ১মসুং মণিপুরাধিপতি জয়সিংহ মহারাজকী মচানূপী চন্দ্রেশ্বাবু লুহোংখী (A statistical account of Bengal — W.W. Hunter, মতমহুদাগী মথং মথং ওয়না মণিপুর রাজবংশগা ত্রিপুর রাজবংশগা মরিমতাং লৈনৈ। ত্রিপুর মহারাজ রাধাকিশোরগী মতমদা মনিপুরাধিপতি চূড়াচাঁদ মহারাজ রাজ অতিথি ওয়না ত্রিপুরাদা লৌবিরকখি। রাধাকিশোরনা মতম চাদনা নোংগাখিবা মতুং মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর মানিকাসু খুলং-লমনগুম ১৯১২ সাংদা মণিপুরদা কুমিৎ থর'নগী মণিপুর নিংথৌগী রাজ অতিথি ওয়রিকই। মতমহুদা মণিপুরগী বর্ণনা পিরুনা রাজপারিষদ কর্ণেল মহিম ঠাকুরনা ইবিরমখি—মণিপুরগী দূর্গগী প্রাচীর মথুংদা লৈবা রাজপ্রাসাদ কায়রে, পুমম্ভোয় তোয়রে। দূর্গহুদা হৌজিকতি ইংরাজগী সৈন্যাবাস,

অস্ত্রাগার ওয়রে। দুর্গমনুংদা লৈবা গোবিন্দজীগী দেবায়তনদা গোবিন্দজীবু মণিপুরীশিংনা লেংশিনহনম্রে অমসুং লেবা চথহনম্রে। তোপনা কোম্লং থুগায়খিবাগী য়ুমফম্ বেংলগা মণিপুর নিংথৌশিংনা বিলাস আরামগী মরমদা থৌশিন কয়া য়াম্না থম্বিরম্মি অমসুং শুম্মি। ইমফাল তুরেন দুর্গগী আওয়াংদগী থেকনা খোয়না থা রোমদা চেনখি। মমাঙ্গেদা ইমফাল তুরেনগী ইশিংনা দুর্গগী পরিখা (খোবান) থনলি। মথৌ তাবা, নিঙ্কপা মতমদা থুদকতা ইমফাল তুরেন থিংলগা খোংনাল থলহনলি অমসুং দুর্গ নিরাপদ ওয়হনলি। হায়রিবা দুর্গ অমসুং কোম্লং মিথা পোনখিবাগী ওয়ারী নৈনরবদি ১৮৯১ খৃঃ দা বৃটিশ শক্তি মায়োকনাহনা নিংতম লাকনবগী লানদা থৌওয়ায় কংখিবা বীর ময়াম মনুংদা বীর টিকেন্দ্রজিৎ, পাওনা ব্রজবাসী, চহি ৮০ শুরবা অহন থংগাল জেনারেলগী মিং থোয়দোক হেনদোকনা নিংশিংহনলী। যুবরাজ বীর টিকেন্দ্র নিংতম লাকপগী লুচিংবা সেনাপতিনি। মহাক্কী মশাদা থোয়দোক হেনদোকপা মওং লৈ হান্নবাসি মহাক্কী য়েকনাবনাগ্নু (শত্রু) য়াদবা তৌদে — Ethel, St, Chair Grimwood না my 3 years experience in Manipur দা ইবিরি — He was manly of generious to a fault, good friend and a bitter enemy". there was something about him that is not generally fouud in the character of a native,— he was much more broad-minded than the rest. If he promised a thing that thing would be done, and he would take the the Trouble to see himself that it was done, —"—He was a keen Sportsman and Capitalshot— The Senapati was a magnificient rider' —"It was fine sight to see the Senapati play Polo" — He was very strong' — In year he was the strongest man in the country He could lift very heavy weights and throw long dtstance. He could speak hindusthani well.

অদুবু ইতিহাস, প্রবন্ধকার লেখক থরগী মনুংদা পোলিটিকেল এজেন্ট Col. Johnstone দি রাজনৈতিক মরমনা বীর টিকেন্দ্রজিৎপু য়াম্না পিকথনা, হন্থনা খনংনবগী ওয়না য়াম্না শাওগনবদি হায়না চিত্রিত তৌরি। মহাক্না ইরি—

I have already alluded to the turbulant character of kotwal Koireng, the Maharaj's fourth Son and now again I was to have fresh evidence of it. The Maharaja handed over the case to the "Cherap Court" for Trial, and as might be expected,···They acquitted kotowal of the charge of causing death and found him guilty of injuring the other two,—"

মথকতা হায়রিবা পোলিটিকেল এজেন্টকী ওয়া ১মসুং Mrs Grimwood কী ওয়াগা কারণ ওুরনবা ওয়না তৌরে। যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ য়ায়া ওপ্পা ওয়াথন লৈবা ১মসুং থৌনা কৰা অমনি চিংনানিঙায় লৈঙৈ। নৈনরিবা প্রবন্ধসিগা মরিলৈননা থোঙাম পার্থগী মরমদা থরদং হায়জরি। থোঙাম পার্থসিংহ সেনাপতি টীকেন্দ্রজিৎকী ড্রিল ইনষ্ট্রাক্টরশিংগী মরকতা অমনি। করো ভ্যালি মিলিটারী পুলিশ ব্যাটালিয়ানগী পেন্সন ফংলবা সুবেদার থোঙাম পার্থসিংহ মতম অমদ মহারাজকুমার পাকা সেনাগী থৌগনসু তৌংমমী হায়রী। ১৮৯১ খৃঃ বীর টিকেন্দ্রজিৎকী বিচার মতমদাসু দু-ভাষী ওয়বিবস্থাগী ওয়াসু উল্লেখ লৈ। ( বীর টিকেন্দ্রজিৎ রাজকুমার মাহল সিংহ )

চহি ৭ খুদ্মাকপদা মণিপুরীশিং আসাম কাছাড, শ্রীহট্ট ১মসুং ত্রিপুরাদা আশ্রয় লৌরখি। ত্রিপুরাগী নিংথৌশিং ভাষশেন ওয়রবা মণিপুরী রাজবংশীয় ১মসুং অতৈ অতৈ মণিপুরীশিংবু রাজ্যদা আশ্রয় পিখি। পোয়রোক হেনদোক মীওোয় থরবুদি নিংথৌগী রাজপারিবদ ওয়না লৌশিনবিদুনা সম্মানতীসু তৌবি। মহারাজ রাধাকিশোর মাণিক্যগী অনিশুবা লৈমা (মহারাণী) থোঙাম তুলসীবতী মহাদেব্যানা মহাকী য়ায়া নকনরবা মরি মতাম থোঙাম পার্থবু (১৮৯১ খৃঃ মণিপুর লান মতুংদা কাছাড়গী জাফিরবন্দা লৈরখী) কাছাড়দগী পুরকতুনা রাজপরিষদকী অমা ওয়না আগরতলাদা লৈহনখী। থোঙাম পার্থ মণিপুরী কাংজৈ শানবা থাং, তা অস্ত্রবিদ্যা ১মসুং মুক্লানা চিংবাদা কৈ-শিংলবা অমা ওয়না শংনখি।

মহাকপু অঙাং ওয়রিঙৈদা উহৌবা অহন চহি ৭৫ রোম সুরবা কেপ্টেন নগেন্দ্র চন্দ্র দেববর্মানা হায় — ফুট ৬' রোম ওয়াং চাওরবা মশা য়ায়া করবা, থবাক কনবা অহন ওয়রাবা গম্ভীর স্বভাব পার্থ সিংহবু উরবদি মতম অমদা বীর টীকেন্দ্রজিৎকী ড্রিল ইনষ্ট্রাক্টর ওয়রম্মি হায়বসি মতিকাচবগা লোয়নননা চিংনানিঙ য় লৈতে।

ত্রিপুরা মহারাজ রাধাকিশোরগী মতমদা মণিপুরী শগোল কাংজৈ (পোলো), কাংজৈ মুক্লা, থাং ১মসুং অতৈ অতৈ অস্ত্রবিদ্যাগী প্রদর্শনী শানবা অতংপা লৈতে। মতমদুদা অসিগুম্বা শানবাসি য়ায়া পামনবা মশক অমা ওয়রমমি। থোঙাম পার্থবু অসিগুম্বা বিদ্যা ১মসুং শানবগী মরমদা অথোয় অহেনবা মীশক অমা ওয়না রাজসম্মান পিখি। মণিপুরী মরকতা রাজসম্মান "ঠাকুর" উপাধি পিদুনা সমাজকী অথোয় অহেন অঙম অথৌশিং অমা ওয়না শিংথানিখি। থোঙাম শাগৈগী লৈমা (মহারাণী) ওয়বাগী মরম্মা থোঙাম পার্থ মশাগী লৈজবা মগুন লৈরবা পোৎচৈ, তাবিচ, কবচনা চিংবা থোঙাম লৈমাদা শিন্নখি। হায় রবা পোৎচৈশিং থোঙাম মহারানীসু য়ায়া ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নননা কোম্মুং মতুংদা লৈবা মহাক্না ইবাংলিবা মঙ্গলচন্দীগী মন্দিরদা থমদুনা নোংমাগী কাযদনা ইবাং পূজা চথখি। পার্থ সিংহগী ওযা মতুং ইম্না হায়রিবা কবচ, নরসিংহ কবচশিংসি সেনাপতি বীর কোয়রেংনা মাহকচাংদা শিজিন্নরম্বা ভাকতানি। ঐহাক্না (লেখক) আঙাং ওয়-

রিথৈদা খোঙাম পার্থগী মচানূপী অহন খোঙামচন্দ্র লৈরেন সিংহদগী ( কোয়্রংদা লৈরেন হন্সবী হায়না খংনবা ) তাহৌবদি মহাক্কী পাবুং ( খোঙাম পার্থ ) না হায় টীকেন্দ্রজিৎ ( কোয়্রেন যুবরাজ ) য়াম্না অচৌবা সাধক য়াম্না অকনবা, মথৌনা ফবা যুবরাজনি। যুবরাজন পামলবদি চিং ফাওবা থাংগংপা ঙম্মি ১স্থং সুকমাং মাংখিবগী মন্ত্রস্থ খংঙ। লান কমদা মহাক্কী হকচাং য়ামনা চাওখোকহল্লী। য়াম্না ওয়াংচাওরবা ফজরবা টীকেন্দ্রজিৎ মথন্তনা মী চামবু থেংনবা কয়িস্থু থোশাবিদে বৃটিশকা লান থেংনবদ মহাক্কী থাংগী থুংহায়না গুলী পানবা ঙমদে, গুলি হনদোকই। যুবরাজকী শম অশাংবগী মরকতা কবচ ময়াম লৈরম্মী। মহাক্কী হকচাংগী কবচ ময়ামতগী মরমনা লাইগুম্না মহাক অমর ওইরি। মণিপুরনা লানদা মায়খিবা ফংবা মতুং যুবরাজকী তেংবানবদা লৈরম্বা আয়াম্বা অঙম অথৌ .লায়না বৃটিশনা ফাথ্রবা মতমদা যুবরাজ কে য়রেন মহাভারতকী কুরুক্ষেত্রদা দুর্যোধনগী মতৌগুম .তৌনিঙায় থংদনা হকচাং ঙমদাহনা আত্মগোপন তৌহনা লৈখি। মথংদা মহাক্ক মপান্দা ফোংহনা কাহনখি। মহাকপু ফারমদায়দা মহাক্কী পুরুষকার নিপামচাগী থৌনা ১স্থং অথোয় অহেনবা উংখিদবা নত্তে মহাকপু ফাগে লাকপাশিংবু হকচাং হকচাংগা মায়োকনখি। অকোনবদা যুবরাজনা হায় নখোয় ঐহাকপু কয়িস্থু তৌবা ঙমমোয় অহুবু ঐহাকত্তি অত্তে তিংনিংজে। মিপোকসিদা ইমালৈপাক, ইমা মণিপুরবু নিংতমহনবা ঙমজে। অমুক পোকলাগা লমন খুমহনা থৌগন

তৌরনী। মসি হায়রগা যুবরাজকী মশাদা লৈবা, শমশাং মহুংদা লৈবা, যন্ত্র, কবচ ময়াম লৌথোকখি ১স্থং মখোয়বু ফাহনখি।

কোয়রেং যুবরাজকী তাবিচনী হায়হনা খোঙাম পার্থনা খোঙাম লৈমা তুলসীবতীদা পিথিবাহ্ নত্তনা নরসিং কবচ ১স্থং রূপাগী মাতুলী আনিদি খোঙাম পার্থ ময়ুমদা মশানা পূজা তৌহনা নিত্তিগী ইরাংখি। খোঙাম পার্থনা নোংপ্রাথ্রবা মতুং মহাক্কী নূপী ১স্থং মহাক নোংগাথ্রবা মতুং মহাক্কী মচানূপী অহন লৈরেন হন্সবী ( ঐহাক্কী থাইমা ওয়না লৈরম্মি ) না ঐহাক্কী ইমা লৈমাদা হায়'রবা নরসিং কবচ মাতুলী শিন্নরখি। ইমা লৈমানা ঐহাক্কী লাই ইরাংকম্ মন্দিরদা ইরাংথৈ। ইমা লৈমদা শিন্নবা মতমদা লৈরেন বুডীনা হায় পাবুংদগী তাহৌবা ওয়ারিদি হায়'রবা নরসিংহ কবচ ১স্থং তাবিচ হকচাংদা লৈরবদি লৈমাগী নচাইবুঙো নিংথৌমচাসিগী অফ্‌য়ায়ফা ওয়গনী।

ঙসি ফাওবা হায়রিবা নরসিংহ কবচ ঐহাক্কী মন্দিরদা পূজা তৌনরী। হায়রিবসি চহি ৪০/৪৫ রোম মমাংগী ওয়ানী।

মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর নোংপাপি নোংমা নিনি মতুংদা কোয়্রংগী মঙ্গলচণ্ডী মন্দিরদা লৈবা হায়রিবা কবচশিং মাংখি, পায়খ্রে হায়না কোয়্রগী অহনসিংদগী তায়।

মঙমহুদা কোয়্রংদ লৈরম্বা মৈতৈ নূপী অহনসিংগী অমা চহি ৮০ রোম ওয়রনী শ্রীমতী চম্পা রাধুনীগী মমা ইবেমা ১স্থং ধলেশ্বরগী বসন্ত জমাদারগী নূপী সিংদি

পায়খে হায়না হায়রমমি হায়না তাম্না মখোয় অমা অনিদি মহারাজ বীরবিক্রমগী মতমদাসু মঙ্গলচণ্ডীগী মন্দিরদা সেবা চংহুনা লৈরম্মি। পাংখ্রবসু কবচসিংসি হাংখ্রে হায়বসি অচুম্বনি। মন্দিরদা লৈত্রে। মঙ্গলচণ্ডীগী মমা, রুপা মমল চংলবা পোৎ চশিং পাযদে, হুরানাখিদে লোয়না লৈরী। কবচশিংদি লৈতে। শ্রীচানকী মন্দিরদ নরসিংহ কবচ মমলচংলবা নাক্সদা থমমি। কবচ অনিকদি নাক্সী মপানদা থম্মি। হা রিবা কবচ অনিসু মাংলুরে হায়। ইমা লৈমা ১সুং মহামং। য়াম্না কুপনা কোয়থি থিবা মতুংদা কংচতু ফংনরুরসু কবচ মসুংদা করিসু লৈরমদে। মসুংদা করিসু য়াওদ্রবা 'রুপাগী' মখুমতুদং ওয়রমলে। তাবিচকী মগুন খংলবা কনাগুম্বা অমনা তৌবা থাদোকানি হায়বসি চিংনানিঙায় লৈতে। হুরানবা মীথোয় স অচম্বা নত্তে হায়বসি পোৎতুবু যোমলিবা রুপাগী কবচ হুনজেকলম্বা সিনা তাকলি।

লৈরেনবুতী (হমুবী) মহাককী পাবুংনা হায়রম্মী হায়গনা হায়রিবাশিং লোয়না অসুমনি হায়না লৌশিনকম থোকই হায়না ওয়াকম লৈতে। অহুম্মদি ওয়রগা কোয়রেং যুবরাজ (বীর টিকেন্দ্রজিৎ) না নরসিংহ কবচ ১সুং তাবিচশিং শিজিন্নরম্বনী, যুবরাজগীনি হায়বাসি চিংনানিঙায় লৈতে। মতহুদা মী অমগী পোং অতৈ অমাগী মমিংদা পাওথোকপগী উদ্দেশ্য অমা লৈ অহুবু থোঙাম পার্থনা কোয়রেং যুবরাজগী মমিং পাওথোকলি বাসিগী মমদা করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমা লৈরম্মী হায়বাসিগী খুদম ফংদে। ইমা লৈপাক মনিপুর ১সুং মনিপুরী জাতিদাগী ফংগদবা মান, সমানবু ত্রিপুরাদা নিংথৌ ১সুং মহারাণীনা থোঙাম পার্থবু মত্তিকচানা পিবিরে। মসিগী তৌবিমল ওয়না টিকেন্দ্রজিৎকী মমিং লৌতুনা মহারাণীদা পিবনী হায়বাসিগী ওয়াকম থোকতে, মরমদি থোঙাম পার্থনা নোমজহুনা, হায়জহুনা ফংবা সম্মান নত্তে ১সুং অতৈসু অহেনবা তানবগী ওয়াকমসু লৈতে।

ওয়াকম অমা নরসিংহ কবচ ১সুং তাবিচ অনিদি মশামকনা য়াম্না শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা পুন্সীচুপ্পা শিংদ্রবা ফাওবা ইরাৎ পূজা তৌনাসিগী খুনমদি দেশভক্ত সেনাপতি বীর টিকেন্দ্রজিৎপু মহাক্না কয়া য়াম্ন শ্রদ্ধা ১সুং ভক্তি তৌই। মতম অমদা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎপু থাদোকতুনা গৃহ শত্রু মনাও ইবুঙো পাকাসেনা (ভৈরবজিৎ) কী নোংমানিনি থৌগন তৌরুবসু মহারাজ সুরচন্দ্রন ১সুং মনাও ইবুঙো পাকা সেনাগা লোয়ননা মনিপুর থাদোকপা মতমদা পার্থসিং হাওখিদে। ১৮৯১ খৃঃ বীর টিকেন্দ্রজিৎ ১সুং অতৈ অতৈ অঙম অথৌশিংগী বিচার মতমদা হুভাবী ওয়না থোঙাম পার্থবু উবা ফংঙি (বীর টিকেন্দ্রজিৎ রাজকুমার স্নাহল সিংহ) বীব টিকেন্দ্রজিৎকী অসিগুম্বা মমল নায়দ্রবা পোৎশকশিং অতৈ কদায়দা লৈরমগদ্রা? লৈরমলবসু হায়রিবা নরসিংহ কবচ জাতিবু সুংশিনবা ইমালৈপাক সুংশিনবা মনিপুরী শিংগীদি য়ামনা চাওথোক চনিঙাই য়াদ্রে।

মনিপুরী জাতিগী তুং-মাং য়েং-ওয় য়েংশিনবিহুনা হোৎনাজবিবা রাজকুমার কমলজিৎ সিংহগী অঈন—পৌশিনদগী প্রবন্ধসি ইহুনা ফোংবনি। হন্দোকপা রাজকুমার কমলজিৎ

# মিঙ্গুরোল

এ. মীনকেতন

মিঙ্গরোল মিঙ্গুরৈমরোল হায়বগী অশ-ঙবনি, অর্থনা মিঙ্গরোমগী ওয়ারী হায়বনি। লাইরিক্লি, নবে, ওয়ারীসি পঙশাং শাংবা নত্রবস্থ ঐখোয় মৈতৈ জাতিগীদি মমল নাইত্রবা লম্নি। ওয়ারীসিদা এহেলা মৈতৈগী লাইনিং শক্তম অমা নীংথিনা পী, পীরিবা লাইনীং শক্তম অতুগী মঙান্দা জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সংস্কৃতিগী থাক নীংথিনা উবা ফংই। লোয়না লোযননা লীখোঙ অমস্থ অস্তুম তরং হুরং হেক্ক মত্তাকই। ওয়ারীসিগী শম্নপ্পা শক্লম অমা হান্না অমুক য়েংথোকখিসি।

গুরু শিদবনা লৈশিরেল লৈরেল হনবীদা মচা নিপা অহুম, নুপী অমা পোকই। নিপা অহুমতুগী মমিং, অচল নহা মথং মথং, অচিবা অশিবা, কোঞ্জিল তুলোকপা কৌই, নুপীতুগীনা মিঙ্গরৈম্না কৌই। মহাক অসি নিপা অহুমসিগী মথাদা লাকপনি—অতোম্বীনি। গুরুনা থুপ্লগে নীং, খ্বায়দগী শিংবা মচাদা মশাগী খুত্তম শিন্নরমগে খল মচা অহুম্মক কৌশিল্লগা হায়রকই "ইচাশা, নথোয় নচীন ননাও অহুম্মক লৈরোল নোংলোন কোয়বা হানবা তাম্নৌ। পোলেম মরিথক্তা থিরকউ! থিরকদবা পোংলমশিংদি অমনা, "পোমদনা শাংপা লৈ, হেক শাংপদা লৈরম সুনা শাংপা লৈ", অনীশুবনা, "মপাল পাদনা পানবা লৈ, হেক পানবদা লৈরম সুনা পানবা লৈ"; অহুমশুবনা, "তাইবং মৈন্নিং শীং" অতুগা মরিশুবনা, "তাইবং লিচুই" নি।" পোংলম মরিসি থিরক্লগা কান্না থুংল-বতুদা ইশাগী খুত্তম শিন্ননি। গুরুগী য়াথং তাবদা অচিবনা লীরুং তেন্দোং নমদা পো, মশাগী শাদোং নোংশা তোং অওয়াং পাংনা লৈকোয় নোংগোয়বা চংখ্রে, অশিবনা থাঙ্জোজী লেংদা থোং, মশাগী শাদো' কৈ নেং মথারোম পাংখ্রে; কোঞ্জিল তুথোকপদি ময়াম্বা অনী পাবা ওয়োইদোবা উরবদা মবুক্লীং সুংশিরে। তৌক্কম থঙদরে, মথুত্তা ত থাং মশাগী শাদোং শওম মথা ঙৌনা লাংখি চিং মনা লৈশিরেল লৈরেলহনবীদা চঙ কপ্লুরে।

ওয়াবম পূম্নমক লোইনা তা, মচা অতোম্বম্বু সুংশিরু অথুপ্পা মহুম পূম্নমক লোইনা তাক-পিরকই, "গুরুগী ফানখোংদি লৈরোল নোংলোল শকপনি—কোয়উ, পোংলম মরিহুনা ইমাগা নপা গুরুগা ঐখোয় অনীসিনি—তাকউ গুরুনা শোয়দনা চানবিগনি!"

মমাগী য়াথং মতুং ইন্না কোঞ্জিল তুথোকপা গুরুগী ফানখোং কোয়রে, তা সুংশিল্লে, শক্তম কিশিল্লে, গুরুদা চংহুনা পুরম্ম- হন্দংলি, লৈরোল নোংলোল কোয়জরুরে।

পোৎলম লোইনা থিজরক্লে!" "নংদি কৎয়া" হংখিরকই গুরুনা শুরুপ। ওয়ারম পুন্নমক লোইনা হজৎলে। গুরু মমা লৈশেরেল লৈরে-মজমথীনা চানবিংনি হায়বা খঙলে।

"করে, হয়েং কাওদি চপা লৈখিগে, নচল মিন্নুরৈমা থাজরমখিগে, লাউথোক্লচো নংগুসি শা খঙজে উচেক খঙদে লাই শঙদে, হয়েং নোং হেক ঙানবদা গুরুনা উবা 'মমদা ইচল মীনুরৈমা থাজগনি তাকপিথি গুরু। কোপ্লিল তুথোকপা গুরুগী য়াথং কায়দনা লাউ থোকখি।

নোংঙাল্লে। গুরুনা কুরুমচাংদা চুই অংমা উকরে। হরাউ হরাউ কৌশিল্লে, মঙোন্দা মিন্নুরৈমা থাজরে। 'লাইজ ঈপুংয়ায় ঈমু মপুংয়ায়দা চত্তুনা" পল্লু তম্না তাকপীরে।

গুরুনা তাকপিবা মতুং ইন্না লাইজ ঈপুং-থায় ঈমু মপুংয়ায়দা চৎপা তারে মিন্নুরমা, কপ্লকই "ঈপাক্কা ঈথক্লা থং ইমিংসিনা অমুক উবা ফংগনি উত্রে গুরুগী খুত্তম।" তশংবা আতিয় না নকোক থক্তা খাল্লিবা মথৈ নপা থ্রৈনা নংবু শেল্লি থঁঙু, মালেম্না নখোঙ খুয় থাদা লৈরিবা মথৈ নমান' নংবু কোল্লিবনি, বাউনু তাকপিথি গুরু। ... ... ...

পিক্লা নীংথিরবা ওয়ারী অসিগী মতান্দা এক্লো মৈতৈ জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সংস্কৃতিগী থাক, থাক্তাসু অনেম্বা নত্তে 'আওবা'-বনি হায়বা অতুম তশেংনা হেক্ত মউই। মকম, মতম অমসুং মতাংনা নৈনরুবা য়াদবা অমা থোকপনা ওয়াহৈ অমত্তংনা অসুম হেক্ত পোই-শিনবা মতাই। ওয়ারীসিদা হায়রিবা পোৎ-লম মরিসিগী অমমম পুখত্তুনা নৈনবদা লাইরিক কাবক কাবক চাউবা অমমমদি থোক্লঙাইনি হায়বা অচুম মখঙনরবনি। অচুগুম মিন্নুরৈমগী চৎলমদাইদা গুরুনা তাকপিবা ওয়াকম অতিয়া মালেম অনীগী শক্তম, পুখত্তুনা নৈনবদসু অচুম মথোক্লিঙাই ওইরবনি। অচুনা শাংদোকল্লদ্রবসু পনরিবা ওয়াকমশিং অসি আগমগী মরুনি, আগমগী মথওয়ায়নি আগমনা চক্তারিবা মপাঙ-চুনি হায়না তেম্না লোইশিনবদা থোইনা কায়-রোই—কায়দে।

ওয়াথল অসি উত্তরবৈদিক অমদি পৌরাণিক যুগ হায়না খঙনবা মতমগী অা মমঙদগী লৈজরবা জাতিগী সংস্কৃতিনি হায়বসু জাতি মশামক্কী ওয়াকম অমসুগী ওয়ারীমক্লা অচুম মতাকচে। কৈরোল নোংলোল লোয়নবসিগী শক্লোল অমদদি গুরুনা লৈরেল শিদবীদা পোকপা সনামহি, পাথংবা—মচীন মনাও অনীদনা কোয়; থিরক্লবা পীবা পোৎশকসু শীং উনাইদবা, লৈ থোক্লইদনা অসুম্না পী। শক্লো-ল্লিদা পৌরাণিক যুগগী শিবপুরাণ, কালিকা পুরাণচিংবগী মমি থরদং তাবগুম উরিবা তারিবা অসিনসু মথক্লসী মৈতৈ জাতিগী মশাগী তশেংবা সংস্কৃতিগী শক্তম অমনি হায়বা অচুম মতাকই।

ওয়ারী অসিগী মতানদা লৈবাক অসিগী যুগ অমগী ইতিহাসগী শক্তম অমা, লোয়না লোয়ননা জাতি আসিগী মচাক ওইখিবা অন-কপা অরাপ্পগী মীথিং থরদং থাঙিগীসু, থরদং-দদি ওইরগা খঙদবা য়াদবা জাতিগী সংস্কৃতিদা শরুক চাউরে চাউনা পিক্লে পিক্লা খাং খিব-শিংঙাক্লি।

নোংমা পোইরৈ মৈতৈ লমদা তেলশুবা

কাণ্ডবু অমা, থাউ শূবা কাণ্ডবু অমা, তা শূবা কাণ্ডবু অমা নুপীনা মপুং লেপ্পা কাণ্ডবু অমা মী মথক্স মরি লৈমিন্নরম্মি, মরি অসিগী মখুংদা তা শূবা কাণ্ডবুনা লম অসি লেপতোই। অতেনা থাদা অওয়াংদা চংনখি তাংবা তাকই। লোয়না লোয়ননা চ খিবা লৈকোরবা পুন্নমক্কী কৃষ্টিগী মনমথু অতুম থর থর মকংই। অতুনা লৈবাকীগী জাতিগীগী অমিমক্কী ইতিহাসগী শকুম থব থর অতুম উবা ফংই।

মিন্নবোলগুম্বা পিক্কা মমল নাইত্রবা ল ইরিক কয়া কয় নি ঐখেয় মন্নং মপাল অনিগী মৈতৈগী টাবুক্কংদা তীবা চাতুনা নোংমা নোংমগী মতুংদা। মথক্স অসিগুম্বা অসিগী মতানদা ঐখোংনা ইশাগী ইশক খওজগদৌরিবনি, মপান্দা ইশক তাকপা ওমজগদৌরিবনি। অমুসু অওয়াবনি ঐখোয়গী জ্ঞান তারবা কাণ্ডবুশিংনা মমল নাইত্রবা ঐখোয় জাতিগী লল অসিগী মাণ্ডদনবা ওয়াথল অসি পণ্ডতৌ তৌনদে, লন্থী পণ্ডাযং থেংনদে। হায়না হায়না মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনদি অংম্বা থরগী মথৈদি মহোংনৈ। অদুবু মতনদি ওইবা হাবা নত্তে। শিক্ষিত খুদিংমক্না য়েংশিনবগম থোকপা মতম হেন্নবনি। অদুমকপু তৌজিকপসু খিংদি মথাখনি। মসুং মপাল অনীগী শিক্ষিত সমাজনা মথোয়সি কহেলোনবা, মীকোক ওইনসু অপুনবা ওইনসু। হোংনকম থোক্কবরা।

## লাইরিক তম্বদা ইবদা ইমালোন

রা জাবর শমা নারানখামার

ঐখোয় মীতৈনী ংতৈ ইপা ইপুগী মচা মওনি। ত্রিপুরাদা ঐখোয় পোক্লম্মে, অদুওয়রবসু ঐখোয়গী ইপা-ইপুগী হৌরকফমদি মৈতৈ লৈবাক মনিপুরনি। জাতি পুন্নমক্কী মমালোন লৈবওম ঐখোয়গীসু ইমালোন লৈরিবনি। মহুদি মৈতৈ লোন হায়দ্রিগসিনি। ঐখোয় ত্রিপুরাগী মৈতৈশিং মীরৈপাক্তা পোক্লবসু মীয়োলনা লাইরিক লাইগু তম্নবসু অতোপ্পা জাতিগী পরিবেশকী মরক্তা চাউরক্লবসু ঐখোয়গীসু ইমালোন লৈরিবনি লৈন্নিবনি। মহুদি ইমাগী তম্বাক্তা লৈরিঙৈদগী থর-থর লোক্লক্রবা মৈতৈ লোন অসিনি। অদুবু পরিবেশগী প্রভাবনা ত্রিপুরাগী মৈতৈচা খোয়দি পিক্লিঙৈদা ইমালোল লোক্লবসু চাউরক্লবদি ইমালোন কাওখোকপাগুম তৌই। মসি ঐখোয়গী লাইবক থীব হায়রকনি। অমদি সভ্য সমাজতা য়াম্না নিন্দা তৌনিংঙাই পোংশক অমনি। পৃথিবীগী জাতি পুন্নমক মাগী মাগী মমালোন্ন লাইরিক লাইগু তমনৈ, অমসুং মতুংগী পুন্সিদা লাইরিক লাইগু ইবদা, চিঠি পত্র পীনবদা সংসারগী অতোপ্পা অতোপ্পা থবক্তা মমালোন শুম শিজিন্নই। ত্রিপুরাগী মৈতৈ ঐখোয়গী লাইবক্তদি বিধিনা

অহুম্না ইবিরমর্ধবসি ঐখোয়সে লাইবক ফজবা হায়বহনি। ঐখোয়দি অপিশক ওয়রিঐদা ইমালোন খরদং অচুম চুমদা ভাংজরকপগী স্কুল হেক-কারকপদা, দোকান বাজাড় চংলকপদা বাংলা ভাষাগী বাবহারনা হেক্তিনমনখিনা ইমালোন শুম শুম কাওশিল্লকই। লৌওয়াংদা লৈরিবা অমদি ময়াং পাঙলশিংগা ভোৎনদনা লৈরিবা মৈতৈ চাশিংনা ইমালোন খর হেক্নিগ্লা শিজিন্নবগুম্দি হৌই। সহরদা অমদি বেঙ্গলীগী মরক্তা লৈবিরিবা মৈতৈ মচা শিংদি মমালোন লংথোক্তুনা অহুক্কী মতিক বেঙ্গলী মরোল শিজিন্নব ঙম্নিব মথৈ অহুক্কী মতিক লেমজিং-ঙাইনি, থাগৎনিংঙাইনি হায়দুনা খন্নে। মসি য়ায় ওন্ন ঔনবা ওয়াখলনি হায়দুনা নিংজে।

ইমালোয় লাইরিক লাইগু তন্নগদা ঐখো-য়গী খুদোংচাব ওরদৌবনি। মনিপুরদদি মৈতৈ মচাশিং ইমালোয় লাইরিক লাইগু তম্নে। মরম অসিদগী ত্রিপুরাদা লৈজরিবা ঐখোয়দী মনিপুরগী মৈতৈ মচা শিংগা লাইরিক লাইগুদা খুমাং কাওশিন্বা ঙাম্লিব ১মস্থ হেক্লি-বনি। ত্রিপুরাগী মৈতৈচা শোয়না লাইরিক লাইগুদা খর শোখবগুম তোই হায়বসি ঐখা-ক্তনা হায়জবা নত্তে, খ্বাইস্ন তুম খংবিরিবনি। মনিপুরগী মৈতৈ মচা শিংদি পিক্লি ঔদস্থ ময়াং মরোলগী ময়ান য়াওরবা তশেংব ইমালোন লোল্লি, স্কুল কারকপদস্থ ইপু লাকই ফিদা খাও উচি কারে কিশি কি, অসিগুম্বা মৈতৈ রোনগী অথং-অথংব শব্দ বাক্যনা চিংবা তম্বা হৌব-নিনা অর্থহু তুম খংজবা ঙম্মি, ইমালোয় মরোল চংলক্লবা মতুংদা, অতোপ্পা মরোল অমা তন্নক পদস্থ য়ায় খুদোংচাব ওয়রিবনি। ঐখোয়

ত্রিপুরাগী মৈতৈচা খোয়দি, ভগ্মোইদা, মগ্মোই ভগ্মোকতা নসোক অসিদগী মকমদা অসিগা অসিন চিংবা খর খর শেরাস্তরাপ লোল্লকপদগী স্কুল হেক কারকপদা মৈতৈরোল মৱেকমা খংখিত্রবা বেঙ্গলী ওঝাতুনা নাম কি? কোন শ্রেণীতে পড়বে? বয়স কত? অসিনচিংবা চংললক্লবদা অঙাংচু কন মম্নিং মনা শিংবস্থ ওয়রসম্নু অহুম পংশিন্দা হৌরবনি। মতুংদা করপন, নয়গণ, কৈতন করে বৈভব করে, তম্নক পদদি করিমত্তা খংত্রতুনা শর্দশিংচু'তুম মম্নিং -মনা য়ুংখত্তুনা য়োংশিন্না ভারবনি। হজম তৌবদি কৈদৌঙৈদস্থ ঙমজত্ররনি। কৈতব করে, বৈভব করে হায়বাসিমক ঐ ঈশামকস্থ তমজখিবনি, অহুব্ মকমহুদদি ময়াং ওঝাহুবু কৌবনা শব্দশিংচ পুমম্নোং য়োংশিন খিরম্মি। চঠী কথাগী মতুংদা বেঙ্গলী মরোন্দা অস্তি-ত্তভা লৈৎক্লবদা শব্দশিংচু থরথব তৌদুনা হজম ওয়রক্লমাল্লে হৌজিক্তা মহুগী অর্থ খং-জরি। ঋচুদি লৌনম তৌরে, লম্মুম হুরে—হায়বনি। মরম অসিনা হায়জবনি—ইমা-লোয় লাইরিক তন্ন নত্তনা অতোপ্পা লোয় তন্নুরগা মপুংফান লাইরিকহৈব হায়বহু ওয়বা য়াত্রবনি। ইমালোয় পুস্নিগী অকায়দগী ওয়া ভাংব তম্লিবনি, ইমালোয় পুক্লিংগী ওয়াখল-অওয়া ঙ'ঙাইবনচিংব কোংদোক্লিবনি। ইমাগী অমৃত মশানা নংথজরকপগুম্না অমদি থক্লগা মতোমতা তুমখিবগুম ইমালোনস্থম মতোমত্তা ঐখোয়গী থগ্মোইস্থংদগী খোকচখিবনি, অমস্থ হেক ভাংথোকপদদা ইরাই-লাইনা খংজিন্না ঙম্লিবনি। ভাশিংন ঈশিংদা চাউরকপাগুম মীওৱবস্থ অভং-অথম লৈত্তনা লোম্লরিনা মমা-

লোনগী ওয়াহৈ মযামগী ঈরৈ মরুংদা লুপ্তুনা চাউরকপনি, মরম অসিদগী লাইরিক তম্নগে হায়রুনা চংলকপদা, থংদহনা লৈরম্বা জ্ঞানলৈঙ্গগী অনৌব অমৌবলম তানশিনগে ঙৌরকপদা মমালোনগী মথক্তা ঈরোয়হনা চংশিন্দবা য়াত্রবনি। জ্ঞানগী লৈপাক্তা চংশিনগে হায়রবদি ইমালোন্নগী মৈরাঁ থুত্তাপায়বগদা ভাংশঋদ খুদোংচাগদবনি। অতোপ্পা লোনগী মতেং লৌরহনা তম্নগে থল্লবনদি মীরোল অতুগী অর্থগা থংজিন্না ওয়াবনে, তমগদৌরিবা কীরম অহনা লুশিল্লকপনে তম্লিবা অভাং অহুদি মংম ইখং থংত্রহনা মকোক্ক মথুং কাপ্পা লৈবা তারবনি। মরম অসিননি থুঙ্গংগী মৈতৈ মচাশিংগী মরক্তা অম্বাঙনা বেঙ্গলী হাইস্কুলগী ক্লাশ তরেং নিপান কাথংলকপদা জ্ঞান তাখিত্রহনা স্কুল থাদোক্লুনা, পুলিশ, পিয়ন, সিপাই অমদি ড্রাইভারগী চাক্রীদা চংশিনরিবনি। বাঙ্গালী কবি অমনা হায়রম্মি—নানান দেশের নানান ভাষা, বিনা স্বদেশী ভাষা মিটে কি আশা ?

ইমালৈবাক্কুম্না ইমালোনশু মীওয়বগী য়াম্ন মুংশিথ্রবা পোংশক অমা ওয়রিবনি। জ্ঞান থরদং লাকপ কুমিত্তুদগী নোংকাওবা ইমালোন্ন অভাংগী পুন্সি য়াকাইথিরিবনি, মতুংগী পুন্সিদা মপৌ তাবদগী অতোপ্পা লোন ভমশিন্দুনা হৈকরবস্তু ইমালোন্ন ভাংলগা ওয়ারি ওয়াতাই শান্নগা ঈশৈ নোংমাই তাকবগা পুক্লিংদা মুংভাইব অপেম্বা ফংবগুম্না অতোপ্প ম'রোম্না পীব ভমদবনি। ইমালোনদি ইশাগী লোলনি, অতোপ্প লোলদি মীরোলনি। মৈতৈ মশিং লিক্কপনা, মক্কম মফমদা চোইন চোইন তাবনা সরকারগী মতেংদগী ইমালোন্ন লাইরিক ভম্বা ভমজত্রবস্থু ত্রিপুরাগী মৈতৈ মচা খোয়দি ইমালোন থরদং হৈজিন্না থংজিন্না অমদি ইব-খোংপ ভম্বগী মথৌনি। ত্রিপুরাদা ওঝা ওইবিরিবা কনাকনাগুম্বনা হায়বিবা তাজে, মৈতৈ য়োলকগা হৈজদে, থংভদে পাবস্থু পাজনিংদে। অসিগুম্ব ওয়াহৈসি মৈতৈ মরক্তা হায়রবস্থু থোয় দোকপা অমাংব ওয়রোয়, জাতি অতোপ্পগী মরক্তা হায়রুরবদি মখোয়না তারগা য়াম্ন তুক্কচনা য়েংগনি হায়না খঞ্জে। বিদেশতা মচা মশু পুহনা চাক্রী বাক্রী তৌহনা লৈখিরিবা অভম অথৌশিংগীদি মমালোন লোনত্রবস্থু অকাইব লৈতে ঐখোয় সমাজ লিংহনা লৈজরিগা মনিপুবগা মরি থম্নরিবা মৈতৈ চাশিংগীদি ইমালোন থরদংদাস্থু হৈজিম্বগী য়াম্ন মপৌ তারিবনি। ভাংব হৈরগদস্থু লোয়'ত্র ইবাখোংপা থরদং হৈজিনত্রবদি মৈতৈ লৈবাক চিঠি পত্র পীনরকপদা য়াম্ন মওংচাদবমা ওয়। ওঝাশিংনা রামায়ণ, মহাভারত চৈতন্য চরিতামৃত ব্যাখ্যা তৌথিরেদি হায়রগা বাংলা লোনদি পরেং অম ফাওব চুম্ন ইংপারকপ ভম্বিদবগুম্ন ইব থরদং হৈত্রবদি মৈতৈয়োন চুম্ন ইব ওয়খোক্কবনি। কনা কনা গুম্বন ইবদ মোবোকপু, মবক, কনানোবু ক্ষানান, কোইরেনবু কৈরেন কায়না থেংন জখি, পাবদাস্থু কন্‌হৈববু কোনহৈবনচিংব হায়না থেংনজে। মসিদগী হেক্কচোপথব থবকপু জাতি অমগী মরক্তা লৈরমগনি নিংজদে।

মীওয়বগী নীতি থুদিংগী থবক ইংথাং ভবচংপদা, শাম্ন খোংনবদা ললোল ইতিকতা ইমালোন্ন শিজিন্নবদ নত্তন সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা শিজিন্নবা ভমদ্রিমথৈ ইমালোনবু

অওয়াংবথাক্ত ক্ষমতা থারোয়দবনি, ইউরোপতা ল্যাটিন লোন্না কয় শিজিন্নরিবৈ মতং দা জাতি অয়াম্বগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী চৈরা মুংথরুববনি, মতুংদা ইউরোপকী জাতি পুন্নমক জ্ঞান তারুতুনা ল্যাটিন থাদোকতুনা মহাক মহাক্কী জাতিগী লোন শিজিন্নখিব গী চৌরম পুন্নমক্তা মথোয়গী চউখৎপা ওয়খি। অতোপ্পা জাতিগী সাহিত্য অমদি জ্ঞান বিজ্ঞান চিংবু তম্মিন চৈথেংগীদি য়াম্ন মথৌ তাবিবনি অদুগা অতোপ্পগী লোন্ন সাহিত্যদা শিজিন্নবদি লোইকোক্লা থুদোংচাব ওয়রোয হায়না খল্লে। জাতি পুন্নমক মাগী মাগী মমাবোন্না লাইরিক ইবগুনা মশাগী মিংচৎ অমদি জাতীয় সাহিত্য ভাণ্ডার চ ওথৎ কল্লিবনি। মনিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ ওঝাশিংসু জাতী অতৈগা থোংথাং মান্নবা চংননবা লোন্ন কয় নাম্বিরিবনি। অদুবু ত্রিপুরাগী মৈতৈ ঐখোয়দি ঐখোয়গী জাতীয় সাহিত্য য়বসি কবিনো হায়বথ দবগুম তোই মরমদি ই রাজ্য অমদি বাংলা তম্মশিন্দুনা অংহ অশিং জ্ঞা ওয়বিং বস্সু মৈতৈ রোন্না ইমালোন ওয়বিবনিনা ইংরাজী সাহিত্যবু নত্রগা বাংলা সাহিত্যবু ঐখোয়গী সাহিত্যনি হায়বদা চিংনফম থোকই। কন কনাগুম্বানা মৈতৈ লাইরিক পারুতুনা করি কায়গনি বাংলা লাইরিকগী মনাক নকপা থাগদন নত্তে হংয়বিবসু য়াওই। মতাং অসিদা ঐহাক্না হায়জনিংবদি বাংলা সাহিত্যদো তশেংনা ঐখোয়গী সাহিত্য নত্তে মসি হায়বগী দমক ঐহাকপু অপোবপা মকপক্কী মীওয় অমনি হায়দুনা খন্নিদননা থনাইদা হায়জরি।

ঐহাকসু মমাংগুদা মনিপুরী সাহিত্য অমা লৈ হায়বসি থংন-ফংনমক খিজল্লুদবনা বাংলাগী লৈরেং কয়ামরুম আগরতলাগী পেপার শিংদা অমদি কলিকাতাগী শিক্ষক মেগাজিন্দা ফোংজরম্মী। মনিপুরী হয়ে কেমন বাংলা লেখে হায়বা নত্তনা অতোপ্পা ওয়াজমল ফংখিরমদে। নোংম চাকমা ওঝা অমা বেসিক ট্রেনিং কলেজতা কংনজৈ, মহাক্না ঐহাক্কী কবিতাশিং উরগা য়াম্ন থাগৎপী, মতুংদা ঐঙোন্দা হায়রি—আপনি নিজ মাতৃ ভাষায় লিখুন, এতে নিজের নাম যথেষ্ট হবে আর আপনাদের সাহিত্য ভাণ্ডারেরও শ্রীবৃদ্ধি হবে। মহাক্কী মমল চংলবা পাউতাক অসি ঐহাক্না মতমতুদা লৌনিংউদে। অদুম বাংলা শৈবোংন চিংব ইজৈ। আসামদা বেঙ্গলী ময়াম্বু অসমীনা ওৎ-নৈবাগী মরমদা জাগরণ পত্রিকা মচিলতুম্নবা ওয়াতৈশং শিজিন্নদুনা কবিতা ইক বদগী এডুকেশন ডিরেক্টার সাহেবনা ঐবু খোংথত্তুনা বাজনীতিগী মরমদা চাক্রী তৌরিবা আপনারা অশুম্ন ইবসি য়াম্ন অরাম্বা থবক্নি। মতুংদা অতৈ ইগলু হায়রি। মতুগী তুমিত্তগী ঐহাক্কী কলম অদুম লেপখ্রে। থরনি মতুংদা জ্ঞান তরক্লে, অতোপ্প লোন হৈজিল্লগা ইমাগোন্না সাহিত্য শেমগৎলবদি তশেংবা সাহিত্যিক ওয়বা য়াই হায়বসি নিংশিং লাক্লে। মাইকেল মধুসূদন দত্তনা মমালোনবু থৌওয়দতুনা ইংরাজীনা লাইরিক ইরুবদগী মহাক্কী থোই দোকপা মমাইপাকপা ওয়খিদে হায়গত্তু নিংশিংলক্লে। মমালোন পামদবদ নত্তনা মমালোন ওথাকপা কাওথোক্লুরবা মধুসূদননি, পৃথিবী বানান ফাওবা চুম্ন ইকব্রবনি। মতুংদা মমালোন্ন ইথিবদগী মাইকেল মধুসূদন দত্ত

হায়না ক্রাওথিরম্মি—মতুংদা মমালোনবু হুং-শিনদা নত্তনা মতাক্ত অশুম হায়খিরম্মী—মাতৃভাষারূপ খনি পূর্ণ মনিজালে, বঙ্কিমচন্দ্রস্মু ইংরাজী নিংখিজন হৈরব মী অমা ওয়রম্মনি, ইংরাজী সাহিত্যাদগী মচাক মরল লৌখত্তুনা মমালোয়া ইখিবদগী সাহিত্য সম্রাট হায়রগা মতাকপু থংনরিবনি। অসিশিংসি নিংশিংহুনা ঐহাকস্মু ইমালোয় ইজরগে হায়বসি লেপচরে। চুম্মী, ইমালোন হায়বসিদি মীওয়বগী শিংলৌ নাউরিদা চুশিন্দুনা লৈশিবা মরম্মা ইমালোয় হায় খল্লহুনা লেপ্পগা মতুংদা ইগদৌঃিবা লোল অহুনা ইগদৌবনি। কনাগুম্বনা লোল ৫/১০ থংলবস্মু, ইথুং থংন মচিন্দগী ওয়াহৈ অমা পুথোরকপঃ তায়বদি মমালোলুন অহুনা হায় থোরকদবা'ন। গোপাল ভাঁড়গী ওয়ারিদা ঐনা থংনজখি নদীয়াগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রগী সভাদা মতম অমদা লোল ৫/১০ দা ওয়া ঙাংবা মীওয় অমা লাকপদগী কবি জাতকী মীশক্লো হায়বহু থংবা গুমজ্রহুনা নিংথৌনা গোপালভাঁড়দা য়াথং তৌখি-মী অহুগী পরিচয় থংননবা। গোপাল ভাঁড়না অফিং, অমম্বদা লুমহুনা নিপাহুদা চৈবুম্মা থৈথবদগী হুপা অচ নামনখিহুনা উড়িয়া মরোয়া অয়োইমা হায়হুনা থংলাউ লাউখি। নিপাঅহু উড়িয়ানি হায়হুনা গোপালভাঁড়না নিংথৌদা হজংখি। মরম অসিখিবিক খল্লুহুনা বাংলানা ইয়গা ঐহাকী কায়রবোই হায়বসিস্মু লেপখি। অয়েম্বনি অশুক কুইনা হৌখ্রবা মতম অসিদা ঐহাক্লা বাংলানা ইরম্বসিদি। চাউরবা বাংলা সাহিত্যাগী ভাণ্ডারনি, মহুক্তা ঐহাক্লা কবিবু পীরুবা ঙমগনি? ঐহাক্লা তৌরম্বসিদি সমুদ্রবু অতৈস্মু হেম্না চোংহনগে চিম্বালন চুম্নগী রসনা খন্দুনা পিক্লবা চিম্বানগী তুজুংবাগুম্মি।

**হৌজিক্তি কুমজরে ঐহাক ইমাগী থৌগন্দা—**
**ত্রেতাদা শ্রীরাম চন্দ্রগী সমুদ্র থিংবদা**

পিক্লবা খৈরোয় শিংনা সমুদ্রদা লুপ্পে,
লৈঙোয়দা অমুক ওল্লে, নকহল্লে, মশাদা
সমুদ্রগী লৈঙোয়শিংদো, কাথংলে থোংথক্তা
থিকক্লরে লৈঙোয়শিংদো; থজরি মখোয়না
সমুদ্র থিংবদা মতোয়না মতেং পাংলিবনি।
থংজদে থজদে মখোয়, লৈঙোয় থরদংনা
সমুদ্র থিংবদা কৈস্মু মচাক ওয়বা য়াদে।
মহুৎ হুংঙাইজইহুম খৈরোয় পুম্মমক্তো।
মহুগী পান্দমগুম ঐস্মু ইমালোয় ইরি,
ঐনা ইবসিনা মৈতৈ সাহিত্য লজৈবু
চাউথংথ ঙম্মি-ঙম্মোই কবিস্মু থংজদে
ইমালোয় ইরিবসিনা হুম মুঙাইজৈ।

# "শ্যামগী মিকুপ অমা"

খোম্‌রাম চন্দ্র ঙৌবীতোন

আজ্ঞা ইবুংঙৌ ! হৌখিবা মতমগী ওয়ারীনি । শ্যামগী ইতিহাসনা ঐঙোন্দা হয়া হয়া তমলি । মাগী ওয়ারীসে অস্নুক্কা মত্তিক খুঙায়,—হয়া হয়া তারবদস্তু পেনবা নাইকদে । হৌজিকনা কদায় য়েৌরমগবা, অঙকপনি উবলাম্বা ফংদে ।

আজ্ঞা ! মতমত্তুগী ওয়ানি । শ্যাম ঐগী মকুপ অমা ওইনা পিশক পিক্লিঙৌদগী লাইরিক তম্‌ম্মরকই । মহাক্না স্কুল কাবদা ঐগা লোয়ননা চংলি, নত্রবাদ কনাগম্তু লোয়নদে । মতুদা নোংমদি ঐনা হংলুই—মকুপ শ্যাম ! নহাক ঐ যাওত্রবনি করিগী নদোম চংলি ! মরুপ ! ঐদি চরাংনবা মথোং চাত্রবা মীশিংগা চংমিন্নবদি লাইবতুনা উবা ফাওবা উনানিংদে—শ্যামগী ঈংতরুবা পান্তখুমনি । মতুদা ঐনা মতৌ য়েংবগুম হায়খি, "নত্তে, ঐনা লাকতত্তুনা চংমিন্নবা লৈত্রবদি ওয়া ঙাংনত্রবস্থ মথোয়গা চুন্না চংমিন্নবদি য়াইদনা ।" "নত্তে মরুপ ! মথোয়দি স্কুল কারিমি হায়রতুনা ঙাংনিবদা অমত্তস্থ চিথাহৌদে—অফা-ফত্তা খায়দনা পংঙাং ঙাংই মতুদা ভজরিবনে । অসিত্তস্থ নত্তেদো মরুপ ! মথোয়দি ছাত্রী অমা লাকপদা মচনগুম্বনি থওদে, মচেগুম্বনিস্থ থওদে হক্তমক লৈক্লেদো । অতুগা, স্কুল কারিমি হায়রতুনা ময়ুমদগীদি ভত্তুনা থোকখ্রগা লম্বীগী হৈনো খোংনাং মখোংনা চিংবদা ফম ফমতুনা লৈলোইদো । অতুগা মরূপ । ঐখোয়গীদি থবকস্থ থরা শুত্রবদি য়াদবতুদা মখোয়গা মান্নানা লোকপস্থ ঙমদবা ।" মানা অমুক মথা শমথরকই,—অদো মরুপ থওদে ঐদি অস্নুম কনতুম হৈনরে । মতম চান থোক্লগা পরুপ, পরুপ, লেপ্তুনা চংপকাসে কনতুম হৈনরে । নত্রবদি মরুপ ! স্কুল কাবদা অতোপ্পা ওয়াথলকা তৌরুরবদি হোরেন পারা কাউথিতুনা ওবানা থরাইদা হেক হেক য়ৈবদে ফুঙায়জদেয়ে অসিত্তস্থ নত্তেদো আজ্ঞা ! মতমতুদা মানা মদোম মদোমতা স্কুল হনবা স্কুল হেক ছুটি থাবদা মানা ময়ুম তয়া চংপা কনাবুস্থ ঙায়দনা । লম্বীদা কনাগুম্বী ছাত্রথওা চংলম্নবস্থ কোইনা পরপ পরপ চত্তুনা লাংস্থোক্রবা হোংনবা । মাগী অসিগুম্বসি উবদা ছাত্রী শিংনা মহাকপু মথোয়গুম্বী ওইরমানেকো হায়তুনা ঙাংনৈদো । নোংমদি ঐনা মাঙোন্দা মতু হায়রুবদা মানা হায়রকই, "ইভাও ! ফুঙায়ত্রনে নংদি ঐগা চংমিন্নয়বা ? য়েংঙু, চংলে চুমত্রিং স্কুল য়েৌনবা হল্লকই চুমত্রিং য়ুম য়েৌনবা । স্কুলদনা ওন্দা ঙায়রুবা য়ুমদনা ইমা নাজীনা ঙায়রস্বা । ঙায়বা ফংনবা হায়বসে য়াম্না ফুঙায়নত্রনে ।" আজ্ঞা ইবুংঙো ! মাগী অসিগুম্বা লমচংনা লুচিংতুনা ময়ামগী মরক্তুগী মকোক ওইনা মেত্রীক্কী

পরীক্ষাদা পাস তৌখি।

অহুদগীদি আজ্ঞা! নোংমা মানা ঐবু মথৌ অমগী চৎমিন্নবসি হায়দুনা শিরুচরদা চৎমিন্নকই। অঙকপনি আজ্ঞা! মাগী মতৌহু কলেজদা অমুক্তুং চংলুবদ, মাবু ছাত্রী ময়াম্না মুংশি চান্নবা উৎপিবম্বা, ছত্রশিংনসু মাবু কয়া য়াম্না ভিনিনিংনা ভিনবিবা। য়েংঙ্গুদো, আজ্ঞা মপাং কযাম শাকথুবা, খুল্লকতা লৈতুনা মপাং ফংত্রবা মানা সহরদা কয়া নিংথিনা খঙনা চান্নবা ঙমলুরিবা। চুম্মী, আজ্ঞা! ফত্তবা মরক্তা অফবা অমা লৈবদি অঙাওবা, গুপীগী মতৌ মান খবত। অতুগা, হৌজিক্তা লুপাগী মরক্তা সনা ভোমথিন ওইকবিবা। কযাদ ভুঙায়থুবা শ্যামগী মিকুপ অমনো, আজ্ঞা ইবুংঙো। মুমিংঅহু মানা ঐবু অমুক কোলেজদগী পুখোক্লগা তারাপুর রোডদা চংলুসি হায়তুনা পুবিরম্মী। অহুদা ঐস্ন বেলগাডী য়েংবা ফংগনি লায়হুনা য়াম্না হরাউনা চৎচকই। তারাপুর রোডদা তৈথাক খরদং চৎপদা মঙাযরি 'ট্রান্সপরট' অমা মাংলোমদগী লাক্লম্মী। 'ট্রান্সপরট' অতুগী মাংলোম থংবদা য়েংথললবদা ড্রাইভিং 'সটকা পংনবদা সিট অহুদা গুপী লৈশাবী অমা উরম্মী। মহাক্তা ঐখোয়রোমদা য়োংলগা নোকফেৎ নোককেংনা মথুং ফাইরকই। অহুদগী আজ্ঞা! ঐনা ইঙকঙক্তা শ্যামদা হংলুই "শ্যাম! করিনো হৌজিক্কী লৈশাবীহুবু?" 'নংবু ঙাওরবংনে, করি তৌরবগে?"—শ্যামনা নোককেংনা ঙাংথিবা ওয়াঙাংনি। অহুদগীদি মানা মথা শমথরকই, চন্দ্রবতী নিয়ে হৌজিক্কীদো, আ' 'চন্দ্রাবতী। য়েংঙ্গুদো মরূপ! নংনা নোংমা ফায়খিবদাই ঐদি তুমিন ইদোম লৈবা পাম্ম'। অতুগা, ঙসিনা অমুক করম্বা মঙংনো! শাংথুবা পুল্লিসিদা অফা'-কত্তা কযা'বক্তা ঙসিদি ঐগী সংসার ছাত্রগী পুল্লিদা মকপকি মকপ ঙক্তোনা মাইগৈ পুম্নমক ওয়াইচাইবগুমথরে। মোমোন মীনোক্তা মাইগৈ পুম্নমকতগী ক্তরাম তরাম ওকল্লি।" য়েংঙ্গুদো, আজ্ঞা! শযাদ মমল লৈথরুনা পুল্লিনো। ছাত্র ওইবী মগী অচুম্বা শাজৎনা মাবু ভাইবং পানবসিদা কয়া মগৈ লৈরূপ লৈভিনছিবা। ঐস্ন কল্লকই, আজ্ঞা! মানা ফংলিবা ভুঙাযবহু। অতুগা আজ্ঞা! "করিগীনো ঐনা মহাক যাওত্রনদা লন্দীদা ঙাওশিন্নম্বিবা।"

# হাও জাগোই ( Naga Dance )

পোঃ— সনসম ধনেশ্বর সিংহ

হাও মনিপুর রাজ্যগী অকোইবদা লৈবা চিংদা উপজাতি কয়ামুক লৈ। মখোই অহুম্ভমদা লৈবা হিন্দু মনিপুরী শিংনা "হাও হায়না খংনৈ। থ ইনদগী হাওশিংগী তেঙাল সমাজিক চৎনবী লাইনং লাইসোন মতুং তোঙানা লৈরকই। হৌজিক্কী যুগ মদি মতমগী

শিক্ষা ফংবা য়াম্না য়াওরে। মখোয়গী মরক্তগী ডাক্তর লোয়ার, প্রোফেসারন চিংবা য়াওরে। অদুমক্পু মখোইগী থাইনগী মওং ফিজেং চাক্না অয়াম্বা থাদোকপা ঙম্মদরি।

**লুখা থাবা**—মমাং তৈগী মতমদা হাও-শিংনা অতোপ্পা জাতি অমদি য়েক্লবা শিংগী মকোক কক্থৎতুনা লৌরগা ইরাৎ পূজা তৌনরমই। অমসুং হাও অঙাম্ আথৌ অসিবগী কনর মথাদ লুখা থানৈ। মতুং মৈতৈ শিংনা 'লুখা থাবা' হাইনা কৌদুনা য়াম্না অকিবা অমদি নুংশি হৈতবনি হায়না কিনরমই।

**হাওগী পুকচেল**- হাওশিং অসি য়াম্না লাক্লবা সখি। শিবা ফিদে চাম্লখিবা হোং-গনদে, মকপ শাম্লবদা য়াম্না ফৈ য়েক্লবা ওইরগা যাম্ন তমথি। হাওশিংগী মরক্তা অপোইবা জাতিদি নাগা অমসুং কুকীনি। নাগাগী মরক্তা অমক সম্প্রদায় পয়ামুক্ লৈ। মাদুগী মনুংদগী তাংখুল, কবুই, মরিং অসিনা অথোইবনি।

কুকীদগী নাগানা অক অচেন, শৈদম্ শৈশক্ পোংলোই ফিওংদা হেন্না ফজে। জগোইগী মফম "কাবুই নাগা" গী জগোই অসি য়াম্না ফজে হায়দুনা তৌজক কানাদা ফাওই।

**কাবুই নাগ গী জগোই** –কাবুই শিংনা খুলচৌতনা কুম্ অমদা ইরাৎ পূজা তৌদুনা চকিগী তৌনবী ওইনা হাকোং চাক্ তাংনবা চাইজন। শা চাতনা যুথক্ক্না জগোই শাই। মতুং মনিপুরী শিংনা "হাও হুরাওবা" কৌই।

খুপা না মতম অদুদা থাং, তা পাইরগা লান্দমদুনা। খোঁশাদুনা জগোই শাই। খুপীগা লৌইমনাম্ন জগোই শাই। মতম অদুদদি থোইনা লান্গী মওং য়াওদে। চুম্নগী থাং অমতং পাইরগা চোংই। খুপী শিংনা মথন্তা, অনিলোইননা, অমদি মমাম তিম্নদুনা জগোই শাই। খোল্ অচৌবা অমদি শেন্বুংনা তাল থাই, খুনগী খুপী খুপা অহন্ অঙাং পুম্নমক্না ঈশৈ শকই।

**"করম করম্বা মতমদা হাও হুরাওই—**
লুহোং লমদাইদা, শিথ্বা মরি মতাগী আত্মা পেম্নবা, লাই ইরাৎ পা, লান ঙম্নচিংবা মতমদা হাও হুরাওই।

**'মেরা হাও জোংবা'**—মনিপুরগী চীংগী হাও জাতি পুম্নমক্না মাগী মাগী নিংথৌনা লৈংচনা লশিং, পান, শিং, হওয়াইনা চিংবা পুনকৃতুনা মেরা থাঃ দা মনিপুর নিংথৌ খুকম্বা অমদি উনবা লাকই। মতম অদুদা মাগী মাগী জাতিগী হৌনবী মতুংইন্না জাত্ খুদিং মক্ মথং মথং চোংতুনা লাওতুনা জগোই শাই। মতু যেংবদা য়াম্না ফজবা, নুঙাইবা অমদি থাইদোক্না অকিবগী মশকনি।

অসিগুম্বা উপলক্ষ অসি মনিপুর স্না লৈপাক্কী থাইন দগী "মেরা হাওজোংবা" হাইনা খংনা রকই। অদুবু তৌজিককী মতম্দদি উপলক্ষ অসি নিংথৌ পাল্লবনিনা তৌন-খিদ্রে। অমসুং মনিপুরগী অরিবা শুনাবি দদি ওয়াফম অসি লৈপাক্ পুম্বনা অদুম থংনরি।

## 'কঙ্চবা'

ক্ষেত্র মনিলাল

চীক্না লেম্না ভাল্লিবী,
কোলোম্ন মিংলেন নিংথিনী,
মহৈগী লাইরেম্বী ইমা ও !
হো ! ইমা পীনহৈবী,
লৈবিয়ুনে ইমা ঐগী কাদা,
লেংবিরকউনে নোংমম্ন লায়রথাংপোক শংদা,
মতিক চাদবা নচাবু,
ফ হনবিয়ু ইমাগী সেবাবু,
ওয়াথল থনবা নচা ওইখিবনা,
লৈচল সুত্রবা লৈরাং থরনা
লৈরাংজবা তমজরিবা ঐগী খুদোল,
পলেমশিদী কুমগী খুদোল,
কচ্চরি ইমাগী খুথাখাদা,
শুভজদে লৈচল সুনা
তম্বীয়ু, পীনবীয়ু, ইমানা
ভমজনবা পুন্সী লানকমদা।
কে, এক রোভকিদী চীদাইদা—
হাওড় মৈতৈ খুংগংজী কাচিন্দা,—
লায়র থাংপোক শংদা লৈজহনা
ওয়াথলগী সেম্পাক্লা হাপচরিবা
কলমগী মতেং লৌজরিবা
লৈথল থরাগী লৈরাং পরেংসে
কুমওন লৈরাং খুদোলসে
লৌশন বিয়ুকো ইমা লৎনবা লৈতনা,
পঙলবা নচাগী খুদোলসে
মতিকচানা লেংজবা ভমজদবে
ওয়ারোৌবিগহকো 'ইমা' নচাবু।
পোকপগী মহৈ য়াঙ্গগে—
ভালংনবীরো মমলবা থম্মুরবু
নিজরি লৌশিংগী ভীক্চা নচানা।
পীনবীয়ু, পীনহৈবী ইমা ও।

## য়্যাকাইরসি

খাইদেম মদনচাঁদ

ইমারোনবু ভাকশিনিংবা
ইমানি থংনা থোগননিংবা
মীতৈ ইরুপচা থিনিকতা
ওয়াকৎচরি নোংশলুকনা।
মীতৈ সাহিত্য লৈকোনদা
লৈরাংতবু ওইহনা
শাংলুসি হোননা
মহো মকা লাংতনা।

ইমা থোঁগল চংলসি
ইপা মশক খংলসি
ইরোননা ইমা হাইরি
ইয়েকনা ইপা হাইরি।
ইমা লৈরিমকতদা
মচা ময়াম ঐখোয়না
ইপোং ইরন থংলকাউদা
থমলি ইমাবু লাপথোকতুনা
ওয়াখল পুখল তৌরসি
মিয়েং খোংথাং চুমলসি
ইমাগী মাইখুম হাংলসি
থোঁগল মপুং ফারসি।
পাক চাওরবা মালেমদা
অথোই অহেন ওইনবা
তানবি লমজেন কন্না
যাইফ মুডাই ফংনবা।

লাইজ ইপাক লানবদা
ইরোই হৈতে হাইদুনা
কুমদিংবদি লাইজচংদা
হৈবা ভমলোই ইরোইবা।
ইরৈবাকতি মুংশিহৈবা
ইমারোনবু কনবিনিংবা
মচা মনাই ঐখোয়না
হৌরসি পুকচেল মানবা।
মিগীদি য়ামনা কজৈ
মিগীনা মিগী লৈজৈ
মিগী ফজবা পামজদরে
মিনা হানখ্রে মিকৌদরে।
য়াহৌভনবা কাংলুপনা
শিনদাং মশক থংবনা
মাগী মাগী লৈথ্রবনি
শোংথবদি ঐখোয়ভনি।

# হৌজিকালগী অনৌবা ফেসন্

**এল-শ্যামল**

মাংলে! মাংলে! হৌজিকালগী ফেসন্
উদরে চাওথংলকপগী মওং
লুপথরে সিনেমাগী মওংদা
চিন্দদি কংোক পোকলি চাওথংলকপগী ওয়াভাংদা
খাংপোক্ত'দ ফদি ফরা
চকুদদি মিরাং থুরি।
শেংলি মমল নায়ত্রবা ফিরোল
চংলি সড়ক্কা হায়-হুমছুনা
থনলি ওয়াখলদা রাজেশ খান্নাগী

তমজরি মতৌ ধর্মেন্দ্রগী
থঞ্জরি মপুকনিংদা লৈতরে ঐবু হেন্বা
তোংলি হিলওয়ালা খোংগ্রুপ।
মিংতা আনোক, খুত্তা ঋড়ি
শেংলি খোংগ্রাও বেলবোতম
মাইদা পাল্স পাউদাব শমদা শেমপু—
চকুদদি মিরাং থুরি
তমলি মুডাইবগী মতৌ
মাংলে! মাংলে! হৌজিকালগী ফেসন।

শকৃত্তি কোওয়াকনা ইকাই,
শক্তা কুচুগা চানগত্রা থনুবে—
হেমা রেখানা লিংপা শেংলা ব্লাউস শাড়ী
জীনাত্তনা চংপা সাক্কং অসুম তমলে।
নিপাগী মতৌ তমহুনা
সুট-হাওয়াই সার্ট লিংলি,
নিপামচানা ইকাইহুনা
লাপ্পা থৈনা চংলি।
সিনেমাগী মওং তমবদা লৈ লৈত্তে খংদে—
পুনা হম্মা মমল নায়ত্রবা ফিরোল—
চংলি সড়ক্তা লিংনা শেংনা।
চকুদদি মিয়াং থুরি
তমলি সিনেমাগী নায়িকাগী মতৌ—
মাংলে! মাংলে! হৌজিকালগী ফেসন্।

# তমজগদৌবা

শ্রীরাজেশ্বর শর্মা

ময়বা অহিংদা লম চংপা অমনা হল্লকই ময়ুম তমহুনা,
চংপদে ওয়াখরে উথিত্রে লম্বেন নোংন ফুইনা চৌরক্না।
মাইকৈ খংখিদাব লম্বী লম্ফুক্রে অত্তাত্তবগা মায়খরে,
উ-লম্বী, যুমকৈ কুপথেত্র অমম্বনা ক'রমত্তা উথিদরে।
জ্ঞান মাংশিল্লক্রে থোইন চোকথরক্রে নিন্দা তৌই অমম্ববু
শপংলনা নিথিনা ওয়াখল ওয়াংথিবনা ওয়াকল্লম্মে তাইপানবু।
অমম্বা নহাকপু মান শেমত্রদি থোক্লোকদৌনি খুদোংথীবা
তবদা, চংপদা চিরম পুম্নমক্তা ওয়গদৌনি অফ-নিংথিবা।
মীচৈত্ত তাবদা অমম্বা লাইনবু নিপাহুবু তম্মা কৌথি,
মগুক্লিংদা শাওরে, নিপাহুবু য়েংলে নাতিকচাব পাউথুম পীথি।
লৌশিং য়াওথিত্রবা, তাইবংদা পোল্লবা করিনো নহাক্কা তাংলিবা?
পাপকী পাক্লবা, ঈপাক্তা ঈরৈদা তদনা লুপ্তুনা লৈরিবা।
অপংবা তাইবংশিং হৈশিংন-চংনবা লৌশিং লৌজৌ লম্ফুক্রবা।
অওয়াব অনংবা, অনাবা-অমম্বা অ'স খিবিক শেমত্রবদি;
পংচং চংলগনি পংচা চারগনি লমহেলব তাইবং শিংদি।
অসি থল্লহুনা হৈশিংবা বিথিনা পুয়মকপু শেম্মম্বনি,
অসিশিং লৈত্রদি লমহেম্বা তাইবংদি তৌশিংবতা তৌরগনি।

ঙাংলি অমম্বনা ভারিয়ে মীহুনা মতম অহুমক্কদা,
নোংরক্কা নোংখাংনা ঙাম্বোয়খি ঙাইহাক্কং, মঙাল থুংলবে পৃথীদা।
তোর্বান পামেল, য়ুমকৈ লম্বেন পুমঙাল ঙানখি ঙাইহাক্কুদা,
লম্বী উবা কংখি খোংখাং হাইগংখি নিপা অহু তাগ্গাহুদা।
অমম্বনা হন্না মশা লিশিং কন্না কুপখরে মকম হাইদো,
অমুক অমম্বনা নিপাহুদা হায়, "অপংব তাইবং তাজোদো।
ঙাইহাকী মঙাল ফংলহুনা নংনা ঙাইহাকী মুংঙাইরিগনি,
মঙাল অহুমক্তি হে তাইবং অপংবা তাইবং পুন্সিগা অম্মানি।
মপুন্সিগী মৈরা মুংথ্রবদি হন্না অমম্বা শরুক্কা তিনগনি,
মিংকুপকী ঈচেলনা তম্তনা চেন্দুনা কাল-সমত্রুদা তিনবনি।
মরম অসিদগী মতম লৈরিঙৈদা অরুবা পুন্স তানসল্লু
শিথ্রবগী তুংদা, মিংচংকী থাওমৈনা নহাকী মোংফম ঙালহল্লু।

## "নীংশিংলসি ঙসিদি"

ইবুঙোহল কারাম

মতমগি ঈরাংদা তাউহুনা
মিগি মমাদা কৌরে ইমা।
হুঙাইরে মিগি ফিজেং চাক্‌চা ভমলগা
লেমনরে মতমগি চৎনবিনি হায়তনা।
কপলি ঐগি ইমানা
অওয়া মায়থুম কুপথ্রনা।
করিগি পিরি অওয়া পোংলুম ?
করিগি নীংশিংজ্রি ঐগি ইমাবু ?
করিগি কাউথোক্‌লি মীতৈগি ফিজেং-চাক্‌চা ?
কাউরবরা ঐথোয় কানাগি মচা-মশুনো ?
নীংশংত্রবরা ঐথোয় কানাগি শাগেনো ?
নীংশিংলসি ঙসিদি ইমাগি মপারি—.
অথোবা শিং—টিকেন্দ্র, পাওনা, ইপু থাঙ্গাল।
তংক্‌লি ঙসিস্থ,
ইতিহাসনা মরেকলানা,
অকল অথোগি মচা-মশুনি,
খুৎকন পাঙ্গনবগি শাগেনি
মমানিংবা মীতৈনি।
নত্তে মীতৈদি অতোনবা কাঙলুপ,
নত্তে ঐগী ইমারোল পুকৈ চাওদবা,
নত্তে মীতৈদি মমা লৈপাক নীংদবা,
নত্তে মাংলেমনা শোয়দবা মীতৈ ঈনাং
খঙহল্লসি হগি থুদম মালেমদা,
লোথোকলাস ইমাগি অওয়া মায়থুম,

থমলসি ইমাগি মায়থোং
মমোন মিনোকতা
অত্তোপপ কাওলুপকি মমাওম
মপারি মমোম খোয়না।
খওহল্লসি মালেমদা লৈজৈ মীতৈগিন্সু
চাউখোক চনিঙাই ওইবা "ইমা ময়েক"।
নীংশিংলসি মীতৈ চন্নু অথোইবী,
মমা লৈপাককী দমকৃতা থওয়ায় কংপা ওমখিবী
মীতৈ সন্তী অভাংবী
থিঙেন ঈরম মেনহুনা।
লৈবাক্কি অওয়াবা কোক্‌হনখিবা,
মীতৈ চন্নু থম্বালন্নু।
নীংশিংলসি মীতৈ সাহিত্য পুকৈগী
মমল য়ামলবা মণি
ইমাগি মপারি কমল।

নীংশিংলসি মীতৈ কবিতা কুন্দা
লৈশাং ওমখিবা
অথোইবা লৈরাং কবি চাউবা
মিকপ থোকলো মীতৈ লৈমাগি মপারি-মমোম
থেঙলে কুমিং হৌখরে মতম।
কাউথোকলরোয়সি—
ঐগী ইপা-ইপু ঐগী হৌরককম,
ঐগী ঈনাং ঐগী ফিজেৎ-চাক্‌চা,
নীংশিংলসি ওসিদি—
ঐগী মীতৈ পোকপী পলেম,
ঐগী চাউথোকচনিঙাই ওইবা—
ইমা ময়েক।
লাউরসি অমত্তা ওইবা খোল্লাউদা
মীতৈ ইমানা য়াইফবে,
মীতৈ ইমানা মাযপাক্‌লে।

# কপ্পগন্নু

কৈশাম চম্পালাল

কপ্পগন্নু ইমা, নোক্লো পেম্মা
ইমা নংনা কপ্পা উবগা
করম্মা থাওগনি নচা শিংনা
কপ্পগন্নু ইমা, নোক্লো পেম্মা।
হে! মীতৈ মচা অথৌবশিং!!
করি য়েঙলি, ভিংওক মায়ওক্লা
লাক্লোনে নোকহল্লসি ইমাবু হৌনা,
হোৎনরসি পেম্মবা মচা ঐথোয়না,
ইমানা হৌনা হৌনা নোকপন্থ
ও জবগা নোক্লসি ঐথোয়স্থ হৌনা, পেম্মা
কপ্পগন্নু ইমা, নোক্লো পেম্মা।
লাক্লেনে নহাকী নচাশিং
হোংননবা মোংলবা ফীজোল ইমাগী
শেংলানি ওসিদি মুংওায়বগী ফীজোল।
নোক্লো ইমা, হৌনা পেম্মা
উংলো নচাশিংদা ইমাগী ফুগাযবা,
কপ্পগন্নু ইমা, নোক্লো পেম্মা।

×

## ত্রিপুরাদা শিংথানরবা সংস্কৃতি সেবী
# রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ



ত্রিপুরাগী মনিপুরী শিংগী মনুংদা ঈশৈ জগোইগী মরমদা মিং থিংগৎপা য়াবা কলাকার অমা ওইহুনা লৈরম্বা রাজকুমার সুরেন্দ্র জিৎ সিংহনি।

রাজকুমার অসি মৈতৈ নিংথেম মচা সনা চহী অহুম (নরেন্দ্রজিৎ) গী মচু [illegible] অনিশুবা মচা ইবুঙ্গনি। * ১৮৩০ শকাব্দ (১৯০৮ খৃঃ) ওযাকচিংদা আগরতলা ধলেশ্বর গী শঙ্গায়দা পোকপনি। রাজকুমার চহী য়ামনা নৌরিঙৈদগী পুং তম্বা হৌথি। অহানবদা মনিপুরদগী লেঙকপা ওজা ইবেম তম্বীদা পুং তমখি। মথ দা মপাবুং যাইমা রাজকুমার লোকেন্দ্রাজৎদা পুং তমখি। য়াথ্যা লোকেন্দ্র জিৎ তখেল নিংথেগী নিংথেম পালাগী পুংয়েবা হনজবনি। সংকীর্তনগী পুংয়েবদগী মৈতৈ জগোইদা পুকনিং চংখিবদগী নৃত্যগুরু ওযবরা মিং ফাওরনা তোনজম ঠাকুর কুমুদ বন্ধু সিংহদা পুং অমসুং জগোই তম্বা হৌরে। ওজা কুমুদ ঠাকুরগী মরমদা থরদং পনজরবা য়ারে। ঢাকা তাবা মহারাজা দেবেন্দ্রগী মজাইবেমা নিংথেম চনু মহারাণী রত্ন মঞ্জুরী (ঢাকা লৈমা) গী মমাওগী মচাইবুঙ কুমুদ ঠাকুরনি। তখেল মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরনা মনিপুর লেংবা মতমদা কুমুদ ঠাকুরসু মহারাজ থোংগা তোবা চংলি। মনিপুর কোন্নংগী রাসমণ্ডলদা রাস দর্শন ফংখি। য়াম্না নুঙাইরহনা কুমুদ ঠাকুরবু মনিপুর মহারাজ চূড়াচাঁদগী মথুক্তা জগোই তমবা শিনরম্মী। চহী থরনি মতুংদা ওজা কুমুদ ঠাকুর ত্রিপুরাদা হল্লকখি।

ওজা কুমদ ঠাকুরদা জগোই তম্না তম্না রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ তখেল নিংথৌ কোন্নুং অমসুং অতৈ অতৈ মফমদা জগোইগী থৌরমদা শকক যাবা হৌথি। ইং ১৯৪১গী মতম অহু ওয়াইদা ত্রিপুরাদা অতানবা হাভার্ড এম, এ শ্রীসোমেন্দ্র দেববর্ম্মা (রেণু সাহেব) গী মুপী শ্রীমতী পদ্মাবু মনিপুরী জগোই তম্বিখি। জগোই তম্বা অমসুং তম্বিবগী থৌরমদা মসিনা ত্রিপুরাদা অহানবা হায়বহনি।

মতম অহুদা বোম্বাই লোমদা মৈতৈ

জগোইগী য়াম্না সমাদর ওইবা হৌরকলে। ১৯৪২ ইংদা নৃত্যগুরু পাণ্ডনবম নবকুমার সিংহগী মচাইবুঙ অনি—নরেন্দ্র অমসুং খগেন্দ্রগা লোয়নদুনা বোম্বাইদা জগোই তম্বিহনা লৈরম্মী। অমসুং রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎসু কৌদনা পুখি। নরেন্দ্র, খগেন্দ্র অমসুং রাজকুমার অহুমনা বোম্বাইগী গোয়ালিয়র ট্যাঙ্ক শিকানগর মর্ডার্ন স্কুল ভেল্লে পাল্লাগী পার্শী স্কুলনা চিংবা মক্কম কয়াদা নৃত্য শিক্ষক ওইনা জগোই তম্বিখি। ১৯৪৯ ইংদা "বিক্রমাদিত্য" উৎসব কম্মিটিনা থৌশিনদুনা বোম্বাইদা অখিল ভারতীয় নৃত্যোৎসব অমা পাংথোকখি। ভারতকী খংনবা মিং কাওরবা নৃত্য শিল্পী বাদক অমসুং ঈশৈ শকপশিং শরুক য়াখি। ভারত নাট্যমদা রুক্মিনি দেবী, রাম গোপাল, মৃণালিনী সারাভাই, কথকতা অচ্ছন মহারাজ শম্ভু মহারাজ, কথাকলিদা গোপীনাথ, মনিপুরীদা নৃত্যগুরু নবকুমার সিংহ, বিপিন কুমার সিংহ, ব্রজবাসী সিংহ, ঈশৈদা বাল সরস্বতী, সেতারদা বিলায়েৎ খাঁ, সরোদদা আলী আকবর খাঁ, তবলাদা কাণ্ঠে মহারাজ গুম্বা ওজাশিং য়াওবিখি। রাজকুমার সনো অমসুং তুম্বেট জগোই উৎখি।

১৯৪৫ ইংগী লোয়রমদাইদা নরেন্দ্রগী মকুবক জয়চন্দ্রনা বারানসী (কাশী) দা কৌদনা স্কুল খরদা জগোই তম্বিনবা শিনখি। রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ থিউসোফিকেল সোসাইটি স্কুল, অ্যানি বেসান্ত কলেজ—রাজঘাট মন্টেশ্বরী স্কুল, কপিচেয়া মোহাম্মেদান গর্লস স্কুলনা চিংবা মক্কম শিংদা জগোই তম্বিরম্মী। কাশীদা মচাহুপা অহল শ্রীবর যামনা নহা ওইনা নোংগাখিবদা পুক্নিং কুতাইতবা লোয়ননা মক্কম অদু থাদোকতুনা আগরতলাদা হল্লকখি।

১৯৫১ ইংদা স্বর্গীয় পুলিন বিহারী দেববর্মানা লুচিংদুনা আগরতলাদা মিউজিক কলেজ লিংখৎপদা রাজকুমারনা জগোয় বিভাগকী থবক পাইখৎখি। মৈথাযবা, থিংগায়বগী মরকতা য়ামনা ওয়ানা কলেজকী থবক চংথবগী মতুংদা, ১৯৬৪ খৃঃদা সরকারনা কলেজ অদু লৌশিনখি। সরকারনা শিনবা কলেজতা ১৯৭৪গী অক্টোবর ফাওবা থবক তৌরমলগা থবকতগী পোথাখি। ১৯৭৫ ইংগী শিক্ষক দিবসতা ত্রিপুরা সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা অহানবগী ওইনা ওজা নিপ্পানবু সম্বর্দ্ধনা তৌবিখি। রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ মখোই মমুংদা অমনি।

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ ১৯৭৫ ইংগী ডিসেম্বরগী তাং ২৬ ঈরায় দুমিত্রা চহী ৬৮দা নোংগাখি।

## ত্রিপুরাদ শিংথানরবা মনিপুরী সাহিত্য সেবী

# শ্রীকৈথেল্লাকপম চন্দ্রকুমার সিংহ, সাহিত্য ভূষণ



পূর্ব্ব পাকিস্তান হৌজিক বাংলাদেশকী সিলেট জিলাগী খুঙ্গং চনবা গোবরখোলা বিঁযগাও কৌবা খুঙ্গদা শ্রীকৈথেল্লাকপক চন্দ্রকুমার সিংহ, ১৯০৫ইং ফেব্রুয়ারী তাং ২দা পোকই। ইংশোক ১৯২২ মেট্রিক নীংথিজনা পাস তৌই, অদুবু তম্ফম খুদোং চাদবনা মওম ওইদুনা মখা তমথখিদে। ত্রিপুরাগী খোও 'ইদা মাইনর স্কুল অমগী ওঝা ওইনা ইংশোক ১৯২৪দা থবক তৌবা হৌই অমসুং ওঝা ওইনা থবক্কগী পোত্থাখি। খোওযাইদা মৈতৈ ছাত্রশিংগী বোর্ডিংগী মুপাঃ ওয়রম্মী। লমদম অসিদা লাইব্রেরী অমা নীংথিনা শেম-গৎপগীদমক্তসু লবকারগী মনা ফংখি। ইং-শোক ১৯৩৮দা অহানবা ওইনা "মৈতৈলোন" কৌবা লাইরিক অমা ফোঙই। ১৯৫৪দা "মত্তাগী পাবিজাত লৈরাং" কৌবা ড্রামা ফোঙই। মণিপুরীদতা নত্তনা বাংলা অমসুং ইংরাজীদা প্রবন্ধ কয়া ইদুনা ফোঙখি। মনিপুরী অমসুং বাংলাদা ইবা লাইবিক কয়াম্ব ফোঙবগী মতম ভাইরি। ইংশোক ১৯৬২দা স্কুলগী ওঝা অমা ওইনা ভারত সরকারগী জাতিগী মনা (National Award) ফংখি। ওঝা অসি মশাগী চহী ৭৫ শুরে।

মণিপুরী সাহিত্যদা পোইঁদোক্না শীংথা নবা য়ারবা ওঝাগী দানবু ইকাইথুম্নবা উৎপা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৭৫ ইংদা ওঝাদা "সাহিত্য-ভূষণ" হায়বা উপাধি পিবিখি।

## The only Motor Cycle to Achieve real Progress



## YEZDI 250 c.c. 'B' MODEL

Contact Authorised Dealers for :—

**TRIPURA, MANIPUR, NAGALAND, AND MIZORAM**

GARM—MATADOR



M/s—LOBA ENTERPRISES
( AIRABOT SARANI )
Dhaleswar, A. A ROAD
AGARTALA. 799001

Head Office—M/s LOBA ENTERPRISES
Kwakeithel. Imphal. Phone—1355

স্বত্বাধিকারী—শ্রীমতী অলকা সিংহ। সম্পাদক রাজকুমার শ্রীকমলজিৎ সিংহ কর্তৃক বীণা প্রিন্টিং ওয়ার্কস [illegible] আগরতলা হইতে মুদ্রিত ও 'সরূপ' কার্যালয় বনমালীপুর এ, এ, রোড, আগরতলা হইতে তৎকর্তৃক প্রকাশিত। পিন ৭৯৯০০১।